# পার্থ-সারথি

( অর্জ্জুনগী শাথৌবা )

( উৎপলেন্দু সেনগী বাঙ্গলা নাটক )

মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা

শ্রীনূতনচন্দ্র শর্ম্মা

আরঃ কেঃ স্নাজাওবা সিংহ এণ্ড কোং

শিংজমৈ বাজার (বস পার্কিং), ইম্ফাল।

# পার্থ-সারথি

( অর্জ্জুনগী শাথোবা )

( উৎপলেন্দু সেনগী বাঙ্গলা নাটক )

মণিপুরী লোন্দা হন্দোকচবা

শ্রীনূতনচন্দ্র শর্ম্ম

আরঃ কেঃ স্নাজাওবা সিংহ এণ্ড কোং

শিংজমৈ বাজার ( বস পার্কিং ), ইম্ফাল।

কোওদোকচবা—

শ্রীএলাংবম নবকুমার সিংহ

শ্রীরাজকুমার বিমল সিংহ।

মমল—লুপা ২'৫০



মত্ব পূম্বা অইবগীনি।

নকম:—
ডি মণিপুর কোঃ ওপঃ পব্লিসিং সোসাইটী লিমিটেড, (প্রেস সেং
পাউনা রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

ঐগী লাইরিক মখৈ অনুবাদনা অয়াম্বনি, "রূপমহল"না শান্নবগীদমক্তা ইজবনি, শান্নখিদবা কয়াস্ত লৈজরিবনি। ফোংবগী শক্তিদি লৈজদে অদুবু হন্দক ঐগী ইচা শ্রীমান নবকুমার সিংহ অমদি রাজকুমার বিমল, অনিনা ফোংলগনি হায়বদা ঐহাক্তা ইজবা লাইরিক ছাপা নম্বা উরগনি হায়দুনা হরাওবস্ত পোকচৈ। অদুম্নদি ওইরবদা, মীনা ইবা লাইরিক ঐনা য়েংজবদা মতা চাদবা উরু-বনে, "বামন্ন হবা লাইরিক্তি সংস্কৃত শব্দ য়াওগল্লি" হায়নবনে অমসুং ঐগী লাইরিক অসিনগা পৌরানিক নাটক ওইবনা সুব য়াওবা অভিনয়দা, নুচাইনবা শব্দ সংযোজনাদা, নুংঙাইবা ফজবা ৱাহৈ থিবদা অরুবা কয়া থোকপনে অসিনা "কৈ লৈবা মফমদা নুমিং তাই" হায়বদু থোকখ্রে—সংস্কৃত শব্দ কয়া য়াওখ্রে। মসিগী দোষ পাঠকশিংনা ডাকপিগনি।

লীলা অসি রূপমহলগী কলাকার পূম্বগী হোৎনমন্না মায়পাক্না ফজন উৎপিখি। বিশেষ ওইনা, সুরদা তাইবুংডা শ্রীযুক্ত লাইশ্রম গৌরহরি সিংহগী লমন তোঙ্গরবনি। সুরবা ঈশৈ ইবদা শ্রীযুক্ত নীলমনি সিংহ অমদি শ্রীযুক্ত বীর সিংহ অনিনা মশা নালহনবিখি। ঐগীদি অথৌমক হন্দোকপনা লোইজরে, হীরম পূম্বদা রূপমহলগী ডিরেক্টর বোর্ডকী লমন তোঙ্গরবনি। ইতি—তাং ১০।২।৬৪ইং।

বীনিত
শ্রীনুতনচন্দ্র শর্ম্মা

লীলাদা চঙবা মী।　　লীলা অসি শান্নবদা শরুক য়াখিবা রূপমহলগী কলাকার।

## নুপা।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীকৃষ্ণ | তাইবংপানবগী মপু নারায়ন | শ্রীনীলমনি সিংহ |
| ২। | অর্জ্জুন | অহুমশুবা পাণ্ডব | শ্রীবীর |
| ৩। | বভ্রুবাহন | মণিপুরগী নিংথৌ | শ্রীনেত্রজিৎ ,, |
| ৪। | বৃষকেতু | কর্ণগী মচা | শ্রীরাঃ কুঃ বিনোদকুমার |
| ৫। | সাত্যকি | যদু শাগৈগী অথৌব, অর্জ্জুনগী শিষ্য | শ্রীগোজেন্দ্র সিংহ |
| ৬। | ব্রজধর | মণিপুরগী প্রজা | শ্রীআর কে বিজয়স্না |
| ৭। | সামন্তক | ,, ,, | শ্রীমতুম সিংহ |
| ৮। | চিত্ররথ | বভ্রুবাহনগী মবুধৌ | শ্রীশ্যামসুন্দর ,, |
| ৯। | সেনাপতি | | শ্রীনিত্যানন্দ শর্ম্ম |
| ১০। | থোউশংবা | | |

## নুপী।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | চিত্রাঙ্গদা | মণিপুর নিংথৌগী মচা নুপী, বভ্রুগী মমা | শ্রীমতি থম্বাল দেবী |
| ২। | গঙ্গা | ভীষ্মদেবগী মমা | ,, বিনোদকুমারী ,, |
| ৩। | ইরা | বভ্রুগী লোয়নবী ওইরকদোরিবী | শ্রীমতি নুপীমচা ,, |
| ৪। | বাসন্তিকা | ইরাগী মতা | শ্রীমতি বিমলা ,, |
| ৫। | সখী | মণিপুরগী নুপীমচা | শ্রীমতি বিনোদকুমারী ,, |

# পার্থ-সারথি

## অহানবা মতা ।

( অহানবা উংপা )

**(কুরুক্ষেত্র মনাক ঈথক হোরবী তুরেল উরি। প্রলয় কৌগ-দৌগুম নোং থাকলি, মু-শীং শীংলি, নোংথাং কুপ্লি, মাইকৈ মরিদগী অরাবা খোঙ্গেলনা লাউনরি। নাকল অমরোমদা শ্রীকৃষ্ণ রাখল তৌনা লম্লি। ঈথক মরক্তুগী গঙ্গা দেবী কাওগংলকপা।)**

শ্রীকৃষ্ণ— তপথবিথো, তপথবিথো ইমা! নহাক্কী অশাউবা হস্তিন-বিথো নত্রবদি সৃষ্টি অসি রসাতলদা চংখিবা তারে, মালেম পুম্বা চুসি শোয়দনা মাংলগনি।

গঙ্গা—হে কেশব! মাংজখ্রসনু সৃষ্টি-নমথখ্রসনু রসাতলদ, মালেম সিস্থ মুংখ্রসনু—তুমখ্রসনু; করিমতা কায়বা লৈত্তে মতুনা ত্রৈলোক্যদি।

শ্রীকৃষ্ণ—তাবিথো ইমা অমুক্তদি।

গঙ্গা— কনাগী মরা অমত তারোই ঐহাক। হৌজিকমক চংকনি কুরুক্ষেত্র লানফমদা। য়েংগে কদায়দা চেনবগে পাপী অর্জ্জুনদো—শিখণ্ডিবু মমাংদা থম্লগা, অবানবা লাল্লোংদা রাশক চেংলবা ঐগী ভীষ্মবু হাংথিবা। মতুগী প্রতি-হিংসাগী (লমন খুম্নিংবগী) কল্লবা মৈচাক, মরৈ তম্ম অকিবা

ফংনা চাকথৎলক্লে থম্মোইনুদা ; ধনঞ্জয়না শিদ্রিমথৈ, অর্জ্জুনগী চিতাগী মৈথুনা অকাশা থক্তা পাইদুনা নুংশীংকা তিন্নথদ্রিবা মথৈ তপথবা করিমতা ঙমখিবোই ।

শ্রীকৃষ্ণ—ইমা, অমগী দোষকীদমক্তা অমদা শাস্তি পীবিবা হৌনদে । অর্জ্জুননা অরানবা লাল্লোনদা ভীষ্মবু হাৎলে, মদু অচুম্বনি । ইমা অদুবু অতোপ্পা কনা অমতনা লৌজবদি লৈতে । নুংশীং, নোংলৈ, ব্রজগী খোঙ্জেলনা মিপাইজরবা জগৎকী জীবপুম্বা নহাক্না ঙাকপিরে— অকিবগী মশক ওইরবা নহাক্কী অশাউবা অসি হঞ্জিনবিরো । ইংহনবিরো নহাক্কী খুংশেম অসে ইমা ।

গঙ্গা—কেশব ! নহাক্কী নয়াথংনা তাইবা মাঙহঞ্জরবোই ।

( প্রলয় লৈথিদ্রে )

শ্রীকৃষ্ণ—লৌজিক্কি পুক্কিং তপ্পা তাবিরো ইমা নচানা হায়জবা, অর্জ্জুনবু নহাক্না ঙাকপিবো ।

গঙ্গা— নত্তে নত্তে নারায়ন, অর্জ্জুনবু কৈদৌনুংদসু ঙাকপিবা ঙম্লোই । হে কেশব ! নহাক্কি লোয়না থৌলিবনি, ব্রহ্মাগী অভিসাপনা মর্ত্তাদা পোক্লুরে ঐহাক, বসু নিপাল ঐগী গর্ভদা চৎলবে ; মশক ঙাক্লবগীদমক্তা ইচা তরেৎ অম-মমতা ওইনা ভুবেনগী লাইজদা ইথুৎমক্তা থাদখি । দেবী ফনা ওইদুনসু, ইচা তরেৎ অদুগীদমক্তা মিং অনি অসি-দগী, শিন্থরকপা পিরাংনা, থবাক অসি চোৎখিদবোই থনবরা ? হিংচাবীগুম মশক ফনা ঙাক্লুনা, ইতোন তোনবা

ইচ ভীষ্মব ইপুবোইবগী থুগু শিন্নবম্নগ, তাইবং অসি থাদোক্নুনা স্বর্গধামদা চৎপনি। নুংশিজবা ইচ চত্তানবা, না ইচুম্নবা অহুবু ঙসি লানদা হাংখ্রব।

শ্রীকৃষ্ণ—পুম্নমক থড়জে অপোকপী, অহুবু—

গঙ্গা— নারায়ন-নারায়ন-হরিনাম অহুদা কাংহুম্বা নুংসিং চমক্তদা নুংডাইবা মরিক ফখিদে। অইবু কৌবা নাইখিদে, ঐন ফনা দেবী ভইজন্নুনস্থ হন্না হন্না থল্লম্মী দেবীনি হ য়বগী চাউথোকপা মাংখ্রসন্নু নিংলম্মী—। অচম্বী নুপী ভইজুন অমুক হন্না পৃথিবীদা চত্তুনা মপান যোকাংহোবা ইচাদে থম্মোই চেংনা কোঞ্জনি ই। মমান লংথ কপিবব, সংসাব অপুম্বা থাদোক্রবা—ইচাহুবু হৌজিক ফাওব ঐসিনা, ঐনা থাদোকপা নুমিংকী অনৌবা শবফম অহুতা, তংপা লৈতনা উজবি, ইচা অহুবু ঙসি অবানব লান্নোংদা হাংখ্রবা।

শ্রীকৃষ্ণ-- ইমা মাইরোক্লবা লানফমদা ভীষ্ম দেবব চমগদবা মরোল অহুম অসিদা অকনবা কনা পোকখিদ্রি। অর্জ্জুনদি নচাগা য়েংনববদি কবি লৈতবা অচাংনি। ইচ্ছা মৃতু বব ফংলবা নহাক্কী নচানি। মহাবাজ শান্তনুগী নাক্তগী মশানা ঙসি শিবগে নিংবনা, নচানা চৎখিবনি। পান্ডবনবা অথৌবা নচাবু কবি লৈতবা অর্জ্জুন্না কবম্না চমগনি। নহাক্কী অশাউবা থাদোক্লো, পণ্ডবা ফাল্গুনীবু ডাকপিবো ইমা।

গঙ্গা — খওই নহাক পাণ্ডবকী মরুপনি, খওই নহাক নশামক্লা অর্জ্জুনগী সারথিনি— মরম অদুনা নহাক্লা ঐবু থেমজনবা লাক্লরিবনি। অদুবু তাখো কৃষ্ণ— তাও ঐগী অরোইবা ব্লাসি— অর্জ্জুনগী ঈ নত্তনা ইচা শিখিবগী মৈচাক কৈদৌ-ঙৈদা কোক্লোই।

শ্রীকৃষ্ণ—হে জাহ্নবী— স্বর্গদা লৈব দেবতাগী মমোমও, করি লৈত্রবা নচাগী মৈনা, অদুক ফিংলবদি নহাক্লা— অৱাবনি অৱাবনি, অস্তুক কুইবা অসি মীগা লাইগা যাম্ন থেন্নৈ খল্লমই— লাইগী থম্মোইদি মীগুম্না শোন্দে, অৱাবা পূম্বা থাডবা ওমগনি। অদুবু লারেম্বী নহাক্লা পুক্লিং অদুক য়াংত্তুনা লাইপূম্নমক ইকাই-হল্লে।

গঙ্গা— অদুবু নারায়ন— ঐগী ইচাদা—

শ্রীকৃষ্ণ—নচা অমা চংথ্রে— অদুবু মালেম অসিদা নচা কোটি কোটি হৌজিক হিংলি। অওম্বগী অত্যাচারনা অওকপা কংনা য়া-নরে, তথকপা মিৎয়েংনা ইমাগী অমৃতগীদমক্তা কপচরি, জগৎকী মমানি নহাক্তি— অচম্বী মী ওইবী অমা নত্তে। থম্মোই ফাবিয়ু মিৎকী পি তৈথোকখো ইমা।

গঙ্গা— নারায়ন— পুকাওল কল্লবা তমথিরবা নিপানি নহাক্তি, করিমতা খওদ্রি নহাক্লা— ঐনা কয়া মুংশিজবা ঐগী দেবব্রত্তবু।

শ্রীকৃষ্ণ—ঐভোন্দগী হেন্না করি থঙগদগে, সতি কয়া থম্মোই শোকথিবা ভীষ্ম শিবদ ; কুরুক্ষেত্র লম্ঙাওয়াইদা শিখণ্ডীবু মাংদা থম, লৈরুং পায়বা পার্থনা কুংলবা তেন্ন তত্তনা থা, হকচাং পুম্বদগী শিন্থরকপা ঈগী ধারা ; অদুবু মচিন্দাদি

কৃষ্ণ কৃষ্ণ তত্তনা শোঙ্গ— কৃষ্ণ চরন ধ্যান তৌদুনা নোক্ন নোক্ন, ভারতকী অথোইবা বীর, ঐগী ভক্ত অথোইবা ! বৈকুণ্ঠদা থোডশানথ্রে ঐহাক্কী ইমাডদা।

গঙ্গা— অদুনা নহাক্কী অথোইবা ভক্তবু, অরানবা লাম্লোংদা হাত্তুনা, ভক্তগী মথাপোনবা হায়বা মিংথোনবু, মহৈ থাঙ্গশেংনা য়ালহনবিরো নংনা।

শ্রীকৃষ্ণ—অরেম্বদা ইকাইবা পীগন্নু ইমা। সত্যগীদমক্তা পৃথিবীদা সত্যধর্ম্ম শন্দোক্নবগী ঐহাক নরদেহ লৌরবনি। থরায়না য়াম্না পামজবমই— কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ফত্তবা পুম্বা মাডহল্লগা ভারত অসিদা ধর্ম্মগী রাজ্য শেমগৎপা— অর্জ্জুনদি করিগুম্বা দোষ অমতা লৈতে— মহাক্কি মমিং ওইবতনি। কুরুক্ষেত্রগী লানমকসু লোইফাত্রিইডনা— নহাক্কী অশাউবা মৈনা অর্জ্জুন মাডথিবা থোক্নবদি ঐগী চাউরবা আশা অসিদি অরেম্বদা তারে। অচুম্বা থিবদি কনাম্নু পৃথিবীদা ফংহোদবা তারে। মরম অসিনা দেবী নঙোন্দা ঐনা হায়জরি— লাম্ঙাও অসি লোইত্রি ফাওবদি অর্জ্জুনবু নহাক্না ডাকপিয়ু।

গঙ্গা— নহাক্না হায়বগীদমক্তা হে দেব জনার্দ্দন—! ধনঞ্জয়না ওসি মৃতুদগী নাম্থোক্রে। অদুবু তাবিখো নারায়ন— অর্জ্জুনবু পুমওাক ওাকপিবদি ওম্নরোই। মচাদগী হেন্না চাঞ্জনা য়োকপিদুনা, মী ওইহল্লগা— পুকচেল ফত্রবা অর্জ্জুন্না, মপা শকনা য়োকপিরকপগী মহি ওইনা ইচাবু হাৎপা মহাকপুস্থ মহাকমক্কী মচা ভীষ্মগী শিষ্য মহারথী অমগী মখুত্ত, শোয়দনা শিবা ওইরসনু। নহাক্না ফনা নারায়ন ওইদুনসু— জগৎকী মবুঙো ওইদুনসু ঐগী অভি-শাপ অসি শোইদনা থুংগদবনি, কৃষ্ণ।

শ্রীকৃষ্ণ—মচাগী মখুত্তা অর্জ্জুন্না শিবা! করিনো নহাক্না ওইথোক্‌বা অভিশাপ অসি পীরিবদি জাহ্নবী।

গঙ্গা—থওই ঐস্থ লৌনম্বদা য়াম্না হৈ, যাদবকী মবুঙো— অদুবু ঐঙোন্দা লৌনম্বদি ওইথোক্কবনি-কৈদৌঙৈদসু ওম্মোই। নহাক্না নিংবতদা, সৃষ্টি স্থিতি প্রলয় (শেমগৎ-শাগৎপা মাওহনবা) ওম্বা—নহাক্না কনবিরবদা ঐগী অভিশাপ অসিদি করি লৈত-বনি— করম্না থুংগনি অসিরা মাধব? লাইরেম্বী ওইরগা অরানবা ৱা ওাংদুনা দেবতাশিংবু মাইকৈ মরিদা ইকাইবা পীগনু; অর্জ্জুনদি ঐনা কনগনি অসিনিদনা কৃষ্ণ।

শ্রীকৃষ্ণ— শাউবিগনু ইমা ইবেম্মা— নহাক্কী অভিশাপ অরেম্বদা তারোই। নহাক্কী অভিশাপ অসি থুংনবগীদমক্তা ঐহাক ইশান্না ওম্বমথৈ হোৎনগনি, য়ারবদি। অর্জ্জুনগী মরুপনি

ঐদি, হরাওনা নহাক্কী আশীর্ব্বাদ অসি ইকোক থোংনা লৌজরবনি ।

( লাইট )

# অহানবা মতাং
## অনিশুবা উৎপা

( মনিপূর্ব কোন্নুং ময়াদা লৈবা চীং মচা। মনিপুর্ব মুপীমচাশিংগী ঈশৈ। )

### ঈশৈ

মিববা স্নুরগী ইপোমদা তাওরে বন
লৈরাংগী ফীজোন হোংথরে বন রানী ॥
লৈনম পুবা মালংবন জিরি লিরি হুম্বদি
কনাগী নাম্নদা মুংশি মপাও তাকপনো ॥
উশা খুদিং নৌরবা উনানা কাইদ কাইদ লেঙবদি
থৌশাদবী কনাগী নমথাং মচি লাংবনো ॥
ইকাইদরা নখোইবু তুমিন তুমিন ফমত্থনা
থম্মোই মপাওবু চিক্না মেন্নবদি ॥

( বভ্রুবাহন ইরা, চীংদগী কুমথরকই )

ইরা— বভ্রু ! ঐ য়াম্না ব্বারে— থোড থাংবা থোকত্রে।

বভ্রু— অদুদি লাকখো— নূংপাক অসিদা ফমখিসি ডাইহাক্কং।

( নূংপাক অমদা ফম্মিন্নবা )

নহাকপু পুক্তনা মতুংদদি মৃগয়া শুকচং চংলরোই ঐহাক।

ইরা— করিগী ?

বভ্রু— নহাকপু খঙদ্রিবরা ?

ইরা— বা করম্না ঐনা খঙগদৌরিবনো ?

বভ্রু— য়েংঙাসে— নুমিৎ তাশিল্লক্রে, ঙাংদ্রা-নবা নুমিৎকী অবোইবা মশেক্লা য়িবদা অমুবা চীংগী চীংমাইসে অঙাংবা ফীজোল হোংলকলে। য়ুমদদি ইমানা ঐখোইগীদমক্তা কয়া ৱারপ্নগনি। অয়ুক ঙন্তা য়ুমদগী লাকপনা, য়ুমদা হননবা মঙ ফাওবা মঙদ্রি।

ইরা— মসিস্তু ঐগী দোষ ওইরেকো।

বভ্রু— নত্তে, মহুবু দি ঐগী দোষনিদা— "হৌজিক্তা ঐনা হায়খিদ্রা "ঐ য়াম্না ৱারে খোঙ থাঙবা থোকত্রে"।

ইরা— অহুবু করম তৌগদগে হায়া।— অতিয়া শীনবা থুংনা অকিবা ফলবা নোং নুংশীংনা নুমিৎ চুপ্পা অহিংঙাক ওলহল্লে। অমম্বা অতুদা লম্বীস্তু উদরে, য়েংঙে-খোঙ অসি কয়া শাথীনা শোকলবা।

বভ্রু— অরে! অপংবী— উনানা লৈতেংবী তনৌবী উরীগুম্বী নহাক্না লশিং মফোলমুক খোৎলবা নশাহু পুহুনা করিগী উমংদা লাকপিরি— করি অপাম্বা লৈহুনা তমথীরবা উমংদা করিগী ইত্তুং ইনবিরি।

ইরা— করিগী নংনদি—

বভ্রু— ঐন ?

ইরা— নহাক্লা নত্রা ?

বভ্রু— য়েংঙো, তাজৌ ইরা— মীনম্বা ব্রা ঙাংগন্নু।

ইরা— মীনম্বা কৈদৌঙৈদস্থ ঙাংজদে। নহাকপু নোংঙালফাত্রি-ঙৈনা লোম্না লোম্না হুরানবগুম ঐবু তৌদোকপিন্নুনা হৌবিরবা নত্রা ?

বভ্রু— হৌরৈ চুম্মি— মতু-মনা ঐগী দেশ ভারে— ঐবু ব্রা পূম্নমক লোইনা কাউরবোই নিংববা ? অন্নুবু ঙসিদগীদি নোংমতস্থ নহাকপু পুন্নুনা চংচররোই।

ইরা— অন্নুদি ইতোমতা ইমুংদা কনাগা ব্রারী শান্নুনা লৈগনি।

বভ্রু— নহাক্লা শানিংবা অমগা হেক শাজরু।

ইরা— মুমিং চুপ্পা নহাক্লা টনদ্রবা ?

বভ্রু— হোয়নে— টনবরোই।

ইরা— বভ্রু! ( মখুত্তা পায়বা )

বভ্রু— য়েংঙাসে ব্রা অমতা হায়রবদা মপি তারে। শকথীবী নহাক্লী অথীবা নশকসে—ঐস্থ উদবা চমদেনে। নহাকপু থাদোক্লুনা ইতোমতা মৃগয়া চৎলবদি নংবুত ব্রারকপা নত্তুনা ঐবুত্তুম ইতোমতা ব্রারকচবা থোক্কনি, নহাক্লা ব্রাজবা অন্নুদগী ঐনা শরুক চামা ব্রাগনি খঙলবরা ? নপি অত্তুত্তুম তৈথোকউ। ( ইরা মপি তৈথোকপা ) ফরে ইরা, ঙসিদি নহাক য়াম্না কিরুরে নত্রা ?

ইরা— কৈদোবা ?

বভ্রু— খঙহৌদনা প্রলয়গী মতৌগুম মাইকৈ মরিদা নোং মুংশীংনা পূম্নমক মমসিল্লক্রে। নোং কয়া থাকল্লকলে।

ইরা— কিদে করিমতা কিদে ঐদি।

বভ্রু— ঐ ফাওবা কিবনা থরাই নাকল্লুরে— অতুদা নংদি কিদবা, মীনম্বা রানি ইরা।

ইরা— নত্তে মীনম্বা নত্তে বভ্রু। নহাক্না ঐগী ইনাক্তা লৈরিবৈদা কনাবু ঐনা কিগদৌরিবা করিগীনো হায়য়ু বভ্রু।

বভ্রু— নহাক্কী মীনম্বা থরাই শোকচবা রাঙাং অতুনা— লোনম্বী! তমথীবা থৌরীনা ঐবু পুল্লে নহাক্না। রা অমতা নহাকপু ডাংহল্লরোই। (ইরাগী মমাই অতু কল্লা কোনশিনবা) ইরা!

ইরা— বভ্রু!

বভ্রু— ইরা, ঈশৈ অমতা তাহল্লুবা ঐবু।

ইরা— করম্বা ঈশৈনো?

বভ্রু— নহাক্না শকনিংবা অমা।

## ঈশৈ

অহিং কৌবী মানা লোম্না হৌদোকচববু
অয়ুক্কী মঙাল্না তাবিগদরা॥
তাকপিরম্বা 'পুম্বা, মুংশিজবা মরাহৈ
থম্মোই বীনাদা য়ৈরিগদরা॥
থাজ মাবু উজবৈ, থম্মোইমুংদা লাৎচবা

ইকাই ইকি থাদুনা পুক্লিং মকা লামহুনা
ইখুৎমক্লা হুকখিবা থম্মোই লৈবাং পরেং
থদৎপিহুনা কাওথোকপিগেরা ॥

( ইশৈ শক্লা শক্লা ইরানা বভ্রুদা ভাগররকপা, মতম অসিদা ব্রাহ্মন শাহুনা শ্রীকৃষ্ণ চঙলকপা— ব্রাহ্মন উবদা ইরা ইকায়রহুনা হন্দোকপা )

বভ্রু— দেব! নহাকপু কনানো, নতোমতা মী লৈত্রবা বন অসিদা চৎলিবা ?

শ্রীকৃষ্ণ—লাইরবা ব্রাহ্মন অমনি ঐহাক— ভিক্ষাদগী ফংলকপা চিঙ্গাক থরনা ঐগী থব্রাই হিংনরি। নহাকপু কনানো পরিচয় পীবিয়ু।

বভ্রু— ঐহাক্কী ইমিংদি দেব; বভ্রুবাহন কৌজৈ— মণিপুরগী নিংথৌনি।

শ্রীকৃষ্ণ—মুপীমচা অসিনা মহারাজগী কনানো ?

বভ্রু— ইরা! ব্রাহ্মননা হংলিবা অসি খুম্মুদনা; নহাক ঐগী করি থোকপগে? করি পাউখুম পীয়ুগে?

ইরা— ঐগী সথানি হেক হায়য়ু।

বভ্রু— নহাক্কা ঐগী সথা— ঐনা নহাক্কী সথী নত্রা? কয়া কজ-থ্রবা পাউখুমনো। ব্রাহ্মন! নহাক্কী ব্রাহং অসিগী পাউ-খুম পীবদি ওমই। অদুবু ইরা অসি য়াম্না ইকাইখিবা তারে।

ইরা— ( মখুৎ পায়হুনা ) অদুম ভাংলবদিনে চোপচনি খঙজো।

বভ্রু— দেব! মহাক অসি লৈপাক অসিগী মবেম্মা· ওইরক্লদৌ-
রিবী ইরা হায়বী অচুনি। ইরা! ব্রম্মনবু খুরুম্মুদনা।
[ ইরা, বভ্রু অনিমক ব্রাম্মন খুরুম্বা ]

শ্রীকৃষ্ণ—ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি ইমা, রাজচক্রবর্ত্তিগী শোয়দনমক মমা ওইজৌ।

ইরা— (লোল্লপনা) বভ্রু! করম্ব' আশীর্ব্বাদ মতানো, বামন অসিবু মতা অমা ওইনা উদ্র: ?

বভ্রু— অপওবী লোন্না তাকপিগে— (শ্রীকৃষ্ণদা) সন্ধ্যা ওই-
শিল্লকলে, মী লৈতবা বন অসিদা দেব লৈবিব' য়াদে।
লেঙবিরকউ ঐগী কোম্নু'দ' আতিথ্য লৌবিয়ু।

শ্রীকৃষ্ণ—ঐদ ব্রাম্মননি— অমন' হেক পীজবা চাক চাবা য়াদে।

হায়ু ইবুংঙো! করম্বা জাতিনে নহাকপু?

বভ্রু— ঐহাক ক্ষেত্রিয় মচানি।

শ্রীকৃষ্ণ—ক্ষেত্রিয় মচা? ঐদ থাজদে।

বভ্রু— করগীনো ব্রাম্মন?

শ্রীকৃষ্ণ—তাররিগনি কুরুক্ষেত্রগী লাঙ্গাওগী ম্লারী। ভারতকী ক্ষেত্রিয় নিংথৌ পূম্নমক— হায়রিবা লাঙ্গাও অসিদা লোইনা বার্ত্তন তৌবনি। থাঙ্গশেংনা নংনা ক্ষেত্রিয় মচা ওইরবদি করিগী মফম অসিদা ফমচুনা লৈথোক্লি নিংঙাইদনা হরাও কুম্মৈ তৌহুন', করিগী চত্রি শেংলবা তীর্থ মফম অহুদা। নশাগী নগুণ, মতিক চাবা নথোন', ক্ষেত্রিয়গী পীনবা।

বভ্রু— বার্জুনস্মু তৌদনা, মীনা নেক্লবস্মু লৈতনা করম্না চংকনি লাঙ্গাও অতুদা ?

শ্রীকৃষ্ণ—মতুস্মু অচুম্বা য়ানি। কয়া কুইখ্রে নহাকপু পোকপনা স্বর্গদা থোঙশানখিব ?

বভ্রু— ঐবু পোকপদি ব্রাহ্মন, হৌজিকস্মু হিংলি।

শ্রীকৃষ্ণ—করি য়ানো মহারাজ ? হৌজিক্তা নহাক্না মণিপুরগী নিংথৌনি পরিচয় পীখি। অপোকপা লৈরিভৈদা করম্না নহাক্না লৈপাক্কী মবুঙো ওইরিবনো ? করি অমতা থঙবা ঙশিন্নক্কে ঐহাক্তি। কনানো নহাকপু পোকপদি, মিংনা করি কৌবগে ?

বভ্রু— ঐদি মতুদি করিমতা খঙদে।

শ্রীকৃষ্ণ—খঙদে নহাকপু পোকপবো ?

বভ্রু— খঙদে, অতুগা ঐনা তাবদি ইমানা হায়রুনা— মহাক্তি ক্ষেত্রিয় মচানি— মখুত্তা অকাওবা লীরুং পায়বনি। মহাক্কী লীরী খিঙবদা মরোল অহুম নীকই তায়— লাই, হিংচাবা, যক্ষ, গন্ধর্ব, কিন্নর কনা অমতা মহাক্কী লাম্বা লৈতে হায়।

ইরা— বভ্রু ! বভ্রু ! য়েংঙো ইমা লাক্লেনে।

বভ্রু— নহাক্তনা য়া থোকহনগদৌরিবনি। মিপাইতুনা ইমানা খিরক্লিবনি। হৌজিক হেক উবগা কয়া অমুক চৈরগনি হায়রু হায়বরা। হৌজিক করি তৌগনি ?

ইরা— চংলসি, অমরোমদা চংলসি !

বভ্রু— মতুনা ফরে, হে ব্রাহ্মন ।। ইমাগা লোইননা কোম্বুংদা চংপিতুনা ঙসিতদি ঐগী অতিথ্য লৌবিয়ু। চংলো চংলসি ইরা

ইরা— (চৎন চৎন হঞ্জললক্কু্না) ঐথোইবু ইমাদা উই ককা হায়বা য়াদেকো ব্রাহ্মন ।

শ্রীকৃষ্ণ—(নোক্কু্না) হায়রোই-- কৈদোৌদদস্থ হায়রোই ! (বক্র ইরা চীং মরুমনা লোৎথিবা, চিত্রাঙ্গদা চঙলকপা)

চিত্রা— দেব ! য়াম্না ঙাওবা নুপামচা অমগা নুপীমচা নোকতুনতা লৈবী অঙাওবী অমগা চৎমিন্নথিবা উবিহৌবরা ?

শ্রীকৃষ্ণ—উহৌই— উহৌই ইমা।

চিত্রা— করম্বা লম্বীদা— কদোমদা চৎখ্রে মখোই অনি ?

শ্রীকৃষ্ণ—রারুগম্ব ইমা— য়ুমদা হনখ্রবনি মখোই ।

চিত্রা— থাঙ্গৈশেংনা হনখ্রেকো দেব ?

শ্রীকৃষ্ণ—থাঙ্গৈশেংনা থঙই ইমা—মহাক অত্থু নহাক্কী নচ ওইরেকো ?

চিত্রা— মানি দেব ! মত্থমতনি ঐগী ইচা ।

শ্রীকৃষ্ণ—অঙকপা অঙাংনি— অত্থুবু অঙকপা ফংনা নুপা অমগা মান্নখ্রে । মামুক চাউবা, মশক মহাকমুক মানবা, অঙাং অমা য়াম্না কুইখ্রে মমাংঙৈদা উথি ।

চিত্রা— কদাইদনিনা দেব ?

শ্রীকৃষ্ণ—হস্তিনা কোন্নুংদা ।

চিত্রা— হস্তিনা কোন্নুংদা ?

শ্রীকৃষ্ণ—মাইথোং অদিমক্কি—মাইথোং অত্থুদা কাওবা মঙান অত্থু মঙোন্দস্থ ফাওই । থাঙ্গৈশেংনা নিংশিংই—কাউদ্রিদা-- ঐহাক শোইদনা উখ্রেদা ।

চিত্রা— লাইবক ফব অত্থুবু কনানোনে—মহাকী রা হৌজিককাওবা

কাউবিদ্রি তাকপিরিবা অদুবো ?

শ্রীকৃষ্ণ—মহাকপুদি নহাক্না করম্না খঙগনি ইম'— অর্জ্জুন মমিংনা—
পাণ্ডবকী অহুমশুবনি।

চিত্রা— অহুমশুবা পাণ্ডব! মহাকমক মাল্লবা ঐগী বক্রুবো ?

শ্রীকৃষ্ণ—অচূম্বনি ওম্মোকনা মহাক্না মান্নখ্রে। অর্জ্জুনগী মমিং তাবদা
নহাকনা খংবগুম তৌথি— নহাকপু ইমা অর্জ্জুনবু খঙ-
লাকপরা ?

চিত্রা— ঐহাকখঙই- ঐহাক মহাকপু উখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণ—মনিপুর লৈপাক্তা লৈবা নহাকনা, বীর ধনঞ্জয়বু করম্না
খঙউরিবা ইমা ?

চিত্রা— ঐনা মহাকপু করম্না খঙউই হায়বা ব্রা অদু তারগা নহাক্কী
করি কান্নগনি দেব ? হৌখ্রবা রানি- হৌখ্রবা মতমদা
লোক্তুনা অদুম্মক লৈখ্রসন্নু। হৌজিক ঐহাক হিংলি—
হৌজিক্কী রাথলতা খনবনা ঐদি হৈনরে। নহাকপু অসিদা
অনৌবা লাকপা মীনি খল্লি; চুম্লবদি কোম্নুংদা লেঙ-
শিনখিসি— পাদ্য-অর্ঘনা পুজা অমুক্তা কচ্চখিগে।

শ্রীকৃষ্ণ—শাউরগম্নু ইমা! নহাক্কী নচাদা ঐনা হংহৌই মাগী মপাগী
পরিচয়- অপঙবা অঙাং অদুদি পরিচয় অদু খঙখিদ্রি।
ওমথীরবা চিংনরবা অমা ঐগী খম্মোয়দা পোকখরে। মরম
অসিনা নপুরোইবগী পরিচয় খঙদ্রিসখৈদি নহাক্কী অতিথ্য
লৌথিরোই।

চিত্রা— দেব! চিংনবা তোকপিখো— ঐবু থাজবিদুনা ঐগী য়ুমদা

অমুক্তা লেঙশিনখিসি, ধর্ম্ম করি অমতা মাঙখিরোই।

শ্রীকৃষ্ণ—চৎলসে ইমা— সন্ধ্যা ওইশিল্লক্রে ; কয়া য়াম্না চৎখিগদগে, লম্বী চৎপগী লাম্বন য়াম্না চোকথরবা ব্রাহ্মননি। পোখা-ক্ষম অমতা ফংবরা য়েংউখিগে।

চিত্রা— ঙাইহাক্তা লেপ্লিখো ব্রাহ্মন—শাগৈ অতুগী সেবা-তনা নারা-য়ন্না পেনবিখিবা, শাগৈ অতুগী মৌনি ঐহাক, ঐগী পুজা লৌদনা চৎখিবা য়ারোই নহাকনা, দেব ! ঐহাক পাণ্ডবকী মৌনি।

শ্রীকৃষ্ণ—পাণ্ডবকী মৌ ?

চিত্রা— অচুম্বনি দেব, পাণ্ডবকী মৌনি—অর্জ্জুনগী মনাই মুপীনি ঐহাক।

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জুনগী মনাইমুপী ! অঙকপা ৱানি— করম্না ওইখোক্তবা ৱা অসি ওইখিৱনো ?

চিত্রা— অতু ওইরবদি তাবিরো দেব—তাবিরো ঐগী হোৎরবা ৱারী-সে। করিগুম্বা ৱা অমতা নংঙোন্দদি ঙসি থুগ্লরোই। ঐহাক মনিপুর নিংথৌগী মচা মুপী চিত্রাঙ্গাদা হায়বী অতুনি। নোংমা সন্ধ্যাগী মতমদা মুপাগী ফিজেৎ শেত্তুনা অথাপ্পা চীংশাংদা কোয়জকই। মতম অতুদা ব্রহ্মচারী অর্জ্জুনগী মকত্রবা শককম উক্লয়ে। অঙকপা নোংথাং অমনা ঐগী থম্মোইদা চেনথরে। মপান্দদি মুপানি—মমুংদনা মুপীনি— মতুগী মরম নহাক্তি থঙলোই ব্রাহ্মন। অতুগী মতুংদা তপ্পা তপ্পা ইশামক থঙহৌদনা ঐগীনি হায়র্দুনা

লৈজরম্বা পুম্নমক অমতা থাকহৌবা লৈত্তনা মহাক্কী মখোঙদা লোয়না কখোকখরে। মদু মঙগী মানি—মঙদা লাকলম্বনি, মঙদা ফংজরুরবনি মহাকপু। মরম অসিনা ঙসি মঙদু লোইখ্রবদা অহাঙবা থম্মোইতগা—অসিদা তাদুনা লৈজরিবা অসিনি দেব।

শ্রীকৃষ্ণ—অদুনিনে—অঙকপা মারম পুম্নমক অসিবু করম্না থাজগনি।

চিত্রা— থাজ্ঞশেংবনি দেব—চিংনদনা থাজবিয়ু। বীর শ্রেষ্ঠ ধনঞ্জয় ইন্দ্রগী মচামি। মহাক্কী মরূপ যদুপতি মশামক নারায়ননি, মহাক্কী মনাই মুপীনি ঐহাক, করম্না মীনম্বা ঙাঙগনি।

শ্রীকৃষ্ণ—ফরে মদু থাজরে— অদুগী মতুংদা করম তৌরে তারসি।

চিত্রা— মঙ হাঙুম চহি অমা হৌখ্রে—থঙহৌদনা নোংমা তুম্বা কায়রদুনা ঐহাক হৌগংলে। কর্ম্মগী লিচিংনা মুর্ত্তি ওইনা ঐগী থোঙদা থুংঙরে—ঐগী ফিজিনা পুন্দুনা মতম কুইনগীদমক্তা—মহাকপু থমজবম্তু ঙম্বা য়াবনি, অদুদা ঐনা থন্দুনা য়েংউরে মহাক্তি এহাক্কীত্তা নত্তে; জগৎ অসিগী মঙ্গলগীদমক—জগৎকী থাজ্ঞশেংবা মী ওইদুনা জগৎ অসিগী মফম পুম্নমক্তা চত্তবা য়াদে। মরম অদুনা চিনবান্দদা নোকচদুনা, মিত্তগী পি ফাওবা উহন্দনা, থম্মোইদা মহাকপু লাৎচহৌরগা বিদায় পীজখিবনি।

শ্রীকৃষ্ণ—অদুগী মতুংদগী করম্বা মুমিত্তা মহাকা উমখরে?

চিত্রা— নোংমতম্তু উথিদরে।

শ্রীকৃষ্ণ— অরাবনি, মপুরোইবনা হুন্দোকপিরম্নবী লাইবকথীবী নহাক্কী থম্মোইদা চাকলিবা, ঐ তশেংনা খঙই। অত্তুবু ক্ষত্রবা ধনঞ্জয় অতুনা নহাকুম্বী গুণ চেল্লবী মণিগুম্বা নিংথিজবী ইমাবু করিগী হুন্দোক্কুনা থমলিবনো? মশাগী মিংচৎ সন্মানগীদমক্তা, ধর্ম্ম পত্নিবু পুন্সিগীদমক থাদোকপা মুপা অদো, য়ামনা ভমথিরবা মশাগীতা থনবা মীনি।

চিত্রা— দেব— ঐগী মাঙদা ইপুরোইববু নিন্দা তৌগন্নু। তান্ত্রা মপুরোইবা নিন্দাগীদমক্তা সতী অথোইবী সীতানা দেহ-ত্যাগ তৌথিবা— মরোল অহুম প্রলয়গী ইথক হোৎথিবা? হে ব্রাহ্মন! নহাক্না খঙদবনি— নহাক্না খঙদবনি, মহাক অত্তুক তমথীবা নত্তে। মপানথোংগী মিৎয়েংনদি উবা ঙম্মোই, মহাক্কী থম্মোই কয়া নৌবগে। অস্ত্রক থীরবী, ত্রুহাকপু, মুপী ওইবগী নৌজবা করি অমত্তা য়াওদ্রবী চিত্রাঙ্গদাবু, মহাক্না চংজফম পীবিত্নুনা— মুপী ওইনা পোকচবগী মহৈ য়াললহনবিবনি। মহাকুম্বা থৌজাল হৈবদি মালেম অসিদা অতাওবনি।

শ্রীকৃষ্ণ— কুরুক্ষেত্র লাঞ্চাওগী ৱা তারবরা ইমা?

চিত্রা— তাজরে দেব।

শ্রীকৃষ্ণ— তমথিরবা খুদোংথিবা তাহোরে নহাক্কী নবুঙোদো, মীচঙ অমরোমদা ভীষ্ম, দ্রোন, কর্ন, অশ্বথামা, শল্য, দুর্যোধনচিংবা মহারথিশিং, মন্নাম অসিগী লাথানা, ধনঞ্জয় মতোমতা, খঙদ্রে ইমা কয়া থুনা করম্বা শত্রু নাশ অমা থোক্লগবা।

চিত্রা— মহাক্কী রথকী সারথিনা, দেব জনার্দ্দন নারায়ন মশা-মকনা ওইরিবা অতুগুম্বা মুপা অতুন', করি লৈত্রবা মহাবীরশিং অতুবু করি ক্ষিকম লৈবগে ? স্বয়ম্ভু, ব্রহ্মা-মকনা লানবা ওইনা লাক্লবস্থ কিজদে / শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনগী মরূপ ওইরিবমথৈ, শ্রীহরিন ঐগী ইপুরোইববু মহাক্কী খুয়াদা থম্বীরিবা অতুক্কী মথৈদি. ইপুরোইবদি দেব—মীনা মাইথীবা পীবা মতিক নত্তে—অমরনি, মহাক্কী অমঙ্গল ওইথোক্কবনি ।

শ্রীকৃষ্ণ—অতুবু— নহাক্কী লমচৎ অসিদা দেবী, ঐদি য়াম্না থম্মোই শোকথরে । নোংশাগী মচা, বভ্রুবাহনবু করিগী নগাকনা লমহুইগুম থমনিডলি ? লাইরিক লাইশু খুংশু খুংলাই করিমতা তম্বীদনা করম্না অর্জ্জুনগী মমাডদা মচানি হায়না লেপচগনি নচানা ?

চিত্রা— করিগুম্বা নোংমতং কোনুং অসিদা লেঙবিরক্লবদি মহাকনা, ঐগী বভ্রু অসি অচম্বা অডাং নত্তে থডবিগনি, মহাকপু অনিশুবা অর্জ্জুন ওইনা ঐনা শেমগৎচরবনি দেব ।

শ্রীকৃষ্ণ—দেবী ! নহাক্কী নচানা অনিশুবা অর্জ্জুনশুম অথোইবা অমা ওইরবদি, য়ারবা মতম অসিদা, করিগী মহাকপু থাখিদ্রি কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা, ধনঞ্জয়গী মনাক্তা ?

চিত্রা—(ঐগী লৌম্বীনা) পোকপা ইলাবস্তনা নোংমা লাক্কুনা হরাওনা নোক্কুনা ঐডোন্দগী আশীর্ব্বাদ লৌরে । হায়রে ঐডোন্দা, কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাওদা মপানা মত্তং পাংনবা

মহাকপু কৌবিরে। লান পামজবা ঐগী ইচাস্থু চৎকনি হায়তুনা ঐগী য়াথং নিররে—ঐনা মডোন্দা থণ্ডহল্লে, "নহাক্তি মণিপুরগী নিংথৌনি বার্ত্তন ফংদনা করম্না চৎকনি।" অপণ্ডবা অডাংনি ঐগী রাজু অচুম্বনি লৌথ্রে। মুমিৎ অতুদা কয়া রাজখিবা, কয়া শোকখিবা ঐগী থম্মোইনুংদা—শ্রীকৃষ্ণতনা থণ্ডগনি। হায়দোকপা ডমখিদে ঐগী ইচাদ, "হে লংথোকপিরবা নরাইবক থীরবা অডাং নপানা নংবু দি থণ্ডবিদে, উশু উথিদ্রি, থণ্ডনবস্থু হোংন-বিদ্রে। করম্বা নমাই পুতুনা চৎচনিডডুরি মহাক্তী মনাক্তা নংনা।"

শ্রীকৃষ্ণ—ঐনা খনবদি: ইমা নহাকনা য়াম্না লানথরে। মপাগী পরিচয় বভ্রুদা তাকতবা নহাকনা ওম্লোকনা লানথরে।

চিত্রা— ঐবু থৌওইবিদবদি নোকনা থাডজব ডমজৈ দেব! অঙুপা ঐগী বভ্রুবু থৌওইবিদবদি মহাককী মপানী, ঐডোন্দা ওম্লোকনা রানা থোকথরে। করিগুম্বা মুমিৎ অমদা মহাকনা লাকপিহুনা, ঐগী বভ্রুবু আশীর্ব্বাদ তৌবিরবা মুমিৎ অতুদা, মহাকনা মপাগী পরিচয় ফংগনি— ঐগী মপোক অসিমা লাইবক থীবী ডাক্তী ওইরোই। মতম থরা ইচা অসিস্থু মরায়বক থীহুনা লৈখিসনু। হে ব্রাহ্মন! ডাইহাক্তদি অসিদা ডায়বিরমথো— থীন্দনা হুগুরক্কে মন্দির অসিদগী, কোম্নুং মম্নুংদা ঐগা লেঙশিনমিন্নসি।

( চিত্রাঙ্গদা থোকখিবা )

( য়াম্না তপ্না বভ্রু, ইরা চীংদগী কুমথরকই )

ইরা— ইমা চৎখ্রবরা ব্রাহ্মন ?

শ্রীকৃষ্ণ—চৎখ্রে ইমা।

ইরা— নহাক্না ঐখোইগী রা হায়দোকখ্রবরা ইমাদা ?

শ্রীকৃষ্ণ—হুম হায়দোক্তে।

বভ্রু— অতুদি দেব— ঐগা কোম্নুংদা চঙলসি।

শ্রীকৃষ্ণ—ইবুংঙো— ঐনা য়েংবদা— মসিদা পোখাবা চুম্মরোই, অরুবা থবক য়াম্না লৈহৌরি, থুনা কুরুক্ষেত্র য়োদবা য়াদে।

বভ্রু— কুরুক্ষেত্র ! অতুদি ব্রাহ্মন, নহাক ঐগী গুরুদেব ভীষ্মবু খঙবরা ?

শ্রীকৃষ্ণ—নহাক্কী গুরু— শান্তনুগী মচা ভীষ্মদেববো ? ঐনা তাবদি নমানা হায়তুনা, কৈদৌঙৈদস্থ নহাক্তি হস্তিনা কোম্নুং য়৷ৌত্রি ; অদুগা করম্না নহাক্না ভীষ্মদা গুরু ওইরিবা ?

বভ্রু— তাবিরো অচুম্বনি দেব, কৈদৌঙৈদস্থ ঐ হস্তিনা চত্রি। অদুবু থাপ্না লৈজতুনা মহাক্কী মগুনবু নাকোং অসিদা তাজে। কল্পনানা মহাক্কী দেব মূর্ত্তি অদু শাজতুনা ঐগী শেংলবা থম্মোইগী তীর্থভূমিদা পুক্নিং অমত্তা লোঙদনা খুংলাই তমজরুই ঐহাক্না, জ্ঞান লৈরবা মী মরক্তগী অথোইবা দেবতা অদুগী মফমদা।

শ্রীকৃষ্ণ—ভীষ্মবু মী মরক্তগী অথোইবা, মহাক্না করিদগী হায়বিরনে ?

বভ্রু— অমুকস্মু হায়রিবনি— মহাক্তি মী মরক্তগী অথোইবনি। হায়য়ু মঙোন্দগী হেনবা কনা পোকখ্রবগে পৃথিবীদা ?

শ্রীকৃষ্ণ—করিগী পোক্তনি— রামচন্দ্র। মপাগী য়াশক ঙাক্নবগী-দমক্তা চহি তরামরি বন খুদিং কোয়থি ; নোক্না নোক্না খাঙথি তমথীরবা অৱাবা কয়া সতী সাধ্বী সীতাগা লোইননা।

বভ্রু— অদুবু রামচন্দ্রনা খঙথি, চহি তরামরিগী মতুংদা অযো-ধ্যাগী সিংহাসন্দা নিংথৌ ওইহুনা ফম্মগনি। অদুগা ঐগী গুরু ভীষ্মদেবদি পিতৃ সত্য ঙাক্নবগীদমক্ত, নত্তে মপাগী মুংঙাইনবগীদমক্তা— থাদোকপগী চাউরবা শকতমবু, মালেম পূম্বদা খঙহনথি। শাগৈগী মিংচং ঙাক্নবগীদমক পুন্সি চূপ্পা নিংথৌগী মীনাই ওইহুনা লেনথি। মিহৌহনবা কয়াদা হীমালয় চীংজাওগুম লেঙথিদে। সংসারদাক্তনা লৈহুনস্মু, মহাক্তি সংসারগী দেবতানি। মরম পূম্মক অসিনা মহাকপু ভারত অসিগী পূম্মমকক্তগী হেনবা মী হায়রোইদ্র ?

শ্রীকৃষ্ণ—অদুবু ইবুংঙো, মংঙোন্দা করি অমুক হায়গনি, মালেম অসিদা লৈত্রেনে নহাক্না গুরুদেব অদো —।

বভ্রু— ঐগী গুরুদেববু মালেম অসিদা লৈত্রবা ?

শ্রীকৃষ্ণ—অচুম্বনি ইবুংঙো— কুরুক্ষেত্রগী লান্দা ভীষ্মবু হাংখ্রে।

বভ্রু— ওইথোক্তবনি, মায়য়োক্নবা লান্দা মহাকপু হাংকদবা অকনবা কনা মরোল অহুম অসিদা লৈবগে ?

শ্রীকৃষ্ণ—ওইথোক্তবা অদো— ডসিদি ওইংখ্রে, অরানবা লাল্লোংদা ভীষ্মদেববু ডসিদি হাংখরে।

বভ্রু—অরানবা লাল্লোংদা !

শ্রীকৃষ্ণ—মানি অরানবা লাল্লোংদ—নপুংশক শিখণ্ডিবু মাংদা থমদুনা অর্জ্জুন্না লান চংলে। ধর্ম্মনা থব্রাই ওইজবা সান্তনু নন্দন ভীষ্মদি, থাপ্পা লৈরুং হুন্দোক্তুনা কৃষ্ণদা পুক্রিং হাপ্তুনা, হা ভক্তসখা কৃষ্ণ কদাইদা চংখ্রবগে হায়দুনা কৃষ্ণবু কৌবা শাই— অদুগা অসোমদনা লৌনম চাউবা কৃষ্ণ অদুগী ইঙ্গিতনা, ব্রজগা মান্নরবা তেন লক্ষা লক্ষানা ভীষ্মগী হকচাংদা থাখরে। তেন্না থাবদা মহাবীর অদু লৈমায়থক্তা তাথরে— কুরুক্ষেত্র লানয়াইদগী স্বর্গ তম্না খোডশানখরে।

বভ্রু— অদুদি অর্জ্জুনা ঐগী গুরুবু হাংখরবা।

শ্রীকৃষ্ণ—অচুম্বনি ধনঞ্জয়না ভীষ্মবু হাংপনি। থাঙ্গমকশেংনা ভীষ্মনা নহাক্কী গুরু ওইরবদি— হৌজিকমক চংলে কুরু-ক্ষেত্রগী লানফমদা— লৌনম্বা অর্জ্জুন অদুবু মতুপ মতুপ কক্তুনা তমথিনা—হাংথিবা অদুগী মতিক চাবা লমন খুম্মু।

বভ্রু— হে ব্রাহ্মন— নহাক্কী নখোড শোক্তুন রাশকচরবা অসিনি হৌজিকমক চংকনি হাক কুরুক্ষেত্র লানফমদা— থৌরবা ঐগী তেনজিন্না লৌনম্বা অর্জ্জুনগী মথবাক খিনগাইদুনা গুরুদেবা হাংথিবগী মতিকচাবা লমন শিংগনি— চক্রধারী নারায়ন মহাকমক্তা লানবা ওইনা থোকলক্তুনসু ঐগী রাশক

অসি শোয়দনা ডাকচগনি ইরা। য়ুমদা চত্তুনা ইমাদ' হায়রু—অর্জ্জুন হাৎলগা ঐহাক হল্লকনি। (চৎকে তোব')

(চিত্রাঙ্গদা চঙলকপা)

চিত্রা— বভ্রু! কদাইদা চৎকদোরিবনো?

বভ্রু— ইমা, গুরুদেব ভীষ্মদেববু লৌনম্বা লানকমদা ক্ষেত্রিয় কুলাঙ্গার (শাগৈগী মৈতান অশিবা) অমনা হাৎখ্রে—মহাকপু সাস্তি পীবা চৎলিবনি ইমা—ইমা! পীনবিয়ু পাদধুলী—নহাক্কী অশীর্ব্বাদনা তোল্লবা লমচৎ নাইদবা ক্ষেত্রিয় অত্তুবু হৌজিকমক হাৎচগে।

চিত্রা— ডাইথোনে—ডাইথোনে—কনানো গুরুদেব হাৎপদো?

বভ্রু— ইম', ঐবু অমুক থান্নগনু—লাই গুরু পন্দুনা ব্রাহ্মনগী মথোড শোক্তুনা ঐহাক ব্লাশকখ্রবনি—হৌজিকমক মৃতু দণ্ড পীগনি— গুরু হাৎপা লমচৎ নাইদবা অর্জ্জুনবু।

চিত্রা— অপণ্ডবা হল্লকথো—মচানা মপা হাৎপা হৌনদে—ডাইথো, হল্লকথো, হল্লকথো।

(চিত্রাঙ্গদা ব্লাম্বত্তুনা তুথরকপা, বভ্রুবাহুননা কোনথত্তুনা ডাকপা)

(লাইট)

---

## অনিশুবা মতাং

( মণিপুর কোম্মুংগী শরুক অমা, বভ্রুবাহন অমসুং ইরা নুংঙৌগী বেদীদা ফম্বা, সখিশিংনা জগোই, ঈশৈ শকপা। )

### ঈশৈ

পোমত্নুন' লৈজগে হৈত',
লৈকাফম্ন' শাংচনিংদে ॥
পাম্নবা লৈহি উহঙ্গরোই,
থম্মোই পোরোল লোঙ্গত্নুন',
লৈকা ফম্না শাংচনিংদে ॥
উদসন্নু তুংশিঙ্গবা লৈহি,
মুংশি মশক থডজনিংদে ॥
হকাই থডদ' মিংচিনা য়েংজ',
থম্মোই মশক তাকচরোই,
লৈকা ফম্না শাংচনিংদে ॥

(ইরা জগোইশাবা হৌরে, জগোই লোইবদ বভ্রুগী মনাক্তা চঙলকই। অতৈনা থোকখিব')

বভ্রু— বাঃ ওস্থোক্লা ফজখ্রে।
ইরা— করিবু ফজরিবা বভ্রু ?
বভ্রু— নহাক্কী জজোই অদে'।
ইরা— অরানবা য়ানি।

বভ্রু— মফম চানা ফাখ্রে— থাঙ্গেশেংবনি— ঐনা হায়শিন্নবনি।
অদুবু হায়য় ভাসি, করম্না নহাক্না থওলুই— কয়া কুপ-
থ্রবা বুদ্ধিমো।
ইরা— ঐবু অপঙবীনি নিংবরা ?
বভ্রু— কনানা নহাকপু অপঙবীনি হায়রিবা ?
ইরা— হৌজিক্তা নহাক্না হায়বা অদুদি।
বভ্রু— ঐনা নহাকপু অপঙবীনি থল্লবদি, ঐনা থোইনা পঙলবনি।
ইরা— করিগী ?
বভ্রু— অপঙবী মুপীবু লুহোংনিঙলবদি মহাক্না হেন্না পঙলবনি।
ইরা— চংলো নহাক্না য়া ডাংনররোই। ( চংকে তৌবা )
বভ্রু— ইরা ! ইরা ! ভাথো— ভাথো হায়বা।
ইরা— করিনো হায়বা ?
বভ্রু— অমুক্তা ঐগী ইনাক্তা লাকথো— মরম ওকপিনি— অচুম্বা
হায়রগে হায়বা, (ইরা মনাক্তা চঙশিনবা ) কয়া কজ-
বগে হায়রোরা— ফজৈ য়াম্না ফজৈ শক মচা অসে—
লৈমাইথক্তা মেঙলবা থোঙ অসিনা নেৎপদা মিৎকুপ
থুদিং ঈহৌই— থোঙথাং থুদিং তুজুংই, ইথক্কী জগোই
হৌথিদো। অদুবু ইরা ঐগী থম্মোইদা ফাওরকই, পুম্ন-
মক অরেম্বা ডাক্তনি, নহাক্কী মাইথোং থাজ অসিগা
পাররদি। অদুনা ঐনা মিৎ অনি কুপ্তনা মাইথোং অঙ্গুদা
য়েংবনি ইরা।
ইরা— করিনো বভ্রু ?
বভ্রু— নহাক ঐবু মুংশিবরা ?

ইরা— মুংশি মুংশিদে হায়বা নহাক হৌজিক ফাওবা খণ্ডদ্রিবরা ?

বভ্রু— খণ্ডই— অদুবু নহাক্কী নচিন্না হায়বা অদু ঐহাক্না য়াম্না তাজনিংই— হায়রো ঐবু মুংশিবরা হায়বনি ?

ইরা— মুংশি।

বভ্রু— ঐনা মুংশিজবা অসিমুক নংশু মুংশিকো ?

ইরা— নহাকা ঐবু কয়া মুংশিবগে হায়বা অদুদি ঐদি খণ্ডদে।

বভ্রু— লৌনমচাউবী নহাকপু ঐনা কয়া মুংশিবগে খণ্ডদবা। পুজা কচ্চবা ব্রাহ্মণ্না মমিৎ অনি কুপ্পুনা প্রতিমা তমনা য়েংবগুম, পোকডৌদগী মুংশিরক্লবী নহাকপুতা উজরগা ঐগী থরাই হকচাং লৃ-তোং পুম্নমক্কা মফম খণ্ডদনা নোংথাং অমনা হরাও তুজুংবগা লোয়ননা চেন্নকই।

ইরা— বভ্রু ! বভ্রু ! ঐহাক য়াম্না চিংনরে— অকিবা অমা পোকলক্লে।

বভ্রু— করিগীনো ইরা ?

ইরা— করিগী নহাক্না ঐহাকপু অসুক য়াম্না মুংশিরি ? নহাক্কি মণিপুরগী নিংথৌনি— প্রজা পুম্নমক্না দেবতাগুম লুনা নিংঙলি। নহাক্কী করি অমতা য়াত্তরি। অদুগা ঐদি ইমা ইপা লৈত্রবী, মতম কুইনা লাইবক থীরবীনি—ঐহাকপু নহাক্না মুংশিবিবদি ঐডোন্দদি মঙগুম্বনি।

বভ্রু— মুংশি খণ্ডদবী— তোকলো য়ারেমশিং অদো।

ইরা— নত্তে— ভাইথো— নহাক নোকথিন্নু ! করিগুম্বা নহাক্না অয়ুক্কা কেঞ্জবা শিঙ্গারৈগুম নোংমা হেক থৌ ওইদহুনা

ঐবু থাপ্পা কাওথোকপিরবা— বভ্রু ! বভ্রু ! মতুদা ঐ করি ওইগনি।

বভ্রু— অতুক কিব — অতুক থাজদবা— মসিগী সাস্তিদি য়েংঙোসে সথি বাসন্তিকা লাক্লে—মসিগী সাস্তিদি নহাক ডাইহাক লৈরগা ফংগনি।

( ঈশৈ শক্রুনা বাসন্তিকা চঙলকপা )

## ঈশৈ

করি মুংগী লেংলুবা লৈবাং
থোনবীদ্রবদি পাম্মুঙক্রু ॥
করি মুংগী মুংশিজরুবা
কাওথোকপিরবদি নথোঙনা ॥
মালংবনা কাইদ কাইদ শীংপবু
পুক্লিং তুজুং হরাওজরুই ॥
মাঞ্জনংনি থঞ্জহুনা
তথক' মিৎয়েংনা য়েংজরুই ॥

বভ্রু— বাসন্তিকা করিগী মতম চাদনা লাকপনো নহাকপো ?

বাসন্তিকা—বুদ্ধি লৈব', হৈ-শিংবনি নহাক্কি— থঙইজুমডাই— অমগী য়াম্ন' ফবা মতম অতুস্তু, অমদদি মতম চাদবা হেক ওই, মসি জগৎকী মমাংঙৈদগী লৈরক্লবা, রীতিনি ; থাঙ্গৈশেংবমক নথোইগীদি মতম চাবা ওইবা য়াই, ঐঙোন-দদি চাদ্রেনে।

বভ্রু— খড়ই নহাক অসে নাকোই ডাংবদা নপা লৈত্রবনি।

বাসন্তিকা—নাকোই ডাংবদা হৈবতা নত্তে, নাকোই চৎপস্তু ইপা লৈত্রবনি।

বভ্রু— সখি বাসন্তিকা— ঙসিদি নহাক বিচার অমা তৌরমদবা য়াদ্রে।

বাসন্তিকা—বিচার ?

বভ্রু— অং— বিচার তৌদবা য়াদ্রে। বিচারতা নত্তে— লাল্লম্বা অমদি মতিক চাবা দণ্ড পীগদবনি।

বাসন্তিকা-হৌজিক্কি খুডলেদনা ঐনা লাকপা মতম চারমদরে। য়াম্না লাল্লে কোন্নুং মন্নুং চডলকপা। মথা— খুং লোন্ন-ডুনা তায়জরিবনি— ঐবু টাকপিরে।

বভ্রু— নত্তে — নত্তে— সখি, টাকপিবা লৈজররোই— বভ্রুগী মফমদা।

বাসন্তিকা—ফবে – শিরগা শি— হিংডগা হি হায়বতুনি। হায়রো কনাগী বিচার তৌগদৌরিবনে।

বভ্রু— ঐগা ইরাগগী।

বাসন্তিকা—মাংলেদনা— অমনা মণিপুর নিংথৌরেন— অমনা মণি-পুরগী মহারাণী ওইগদৌরিবী। য়েংডোসে সথা ইতোমতা ইংনা লৈজরবনি— কোন্নুং কৌবদা চডজররোই— নখোইগী বিচারস্তু ডমজরোই।

বভ্রু— বাসন্তিকা— করি লৈত্রবা থবক অসিদা অত্নক কিন্নবা!

বাসন্তিকা—চুম্মে— ঐনা পামজত্থুনা কিজরিবনিনে ! বিচারগী ফলনা ননিং থুংদ্রগা— ইথব্রাই থাবরা— ইবৈপাক্তগী তাম্বোকপবা অমদি লাইবকসিদা তম্মবা নত্রা ? অত্থুগা ইরাদেবীনা শাউথিবা থোক— শাংলবা মিংচিগী থৌরবা তেনসিনা পানত্থুনা ঐনা উৎ ওইজবা— ডমজরোই ডমজরোই ।

ইরা— ইত ! ঐগী মিংকী তেন অসি কিরবদি করিগী ঐগী মাড়দা লাকলি ?

বাসন্তিকা—ইতা মত্থুমা ঐগী দোষনি— ফনা থল্লুই ননাক্তা চংলোই, অত্থুবু পুক্নিং অসিনা ব্রাবকপন্থু ইন্দে, ভাংবন্থু তাদে, করি তৌনি।

বভ্রু— অচোইবা ব্রাশিং অত্থু থমখো, ঐগী ব্রা তাখো সখি—!

বাসন্তিকা—হায়রো হায়রো তাবগে ।

বভ্রু— ইরানা হায়বে— ঐনা মাবু মুংশিদে ।

বাসন্তিকা—অত্থুদগী করি হায়বা ?

বভ্রু— ঐবু মানা থাজদ্রে ।

বাসন্তিক—মহোশানি, অচুম্বনি ।

বভ্রু— অচুম্বনি ?

বাসন্তিকা—হোয়, য়াম্না চুম্মে। মত্থু মী ওইবগী কুইরবা ধর্ম্মনি। ঐবু উরেদনসে সখা— কয়া ফজরিবা শকনো হায়বা। অত্থুবু ঐগী নিপা অত্থুনা পুংজা খুদিংগী অনৌ অনৌবা মুংশি মুংওনগী ব্রারিত্তা মশাইএ !

বক্রু— অহুদি হায়রো— দোষ লৈতনা করিগী থাজরোই।

বাসন্তিকা—চুম্মিনে—থন্দুনা য়েংলুববদি, নহাক্না হায়রিবসিস্তু লান্দে।

বক্রু— অহুদি নহাক্কী মতত্ত— মহাকপু করি সাস্তি পীবা তারে।

বাসন্তিকা—য়াম্না তানিংলবরা ?

বক্রু— য়াম্না তানিংলে।

বাসন্তিক—ইরা দেবী, য়ারোগন্নুকো— অহুদি তারো সথা, ঐনা
নিপা ওইবম্মবদি থুংলোন্নহুনা চান্নবিহুদা—

## বাসন্তিকা ঈশৈ

খোমলেন লৈকোইবুংগী মবেম্মা ভাল্লরো থম্মোইদা,
শুম্মাংয়াই পুববী মিংচিনা পুল্লরে ঐবু॥
কাজলনা মুরবী উইরবী মিংস্না
ভুংশি ঈশৈদা তাওহুনা,
মুংলিবা থাবন্দা খোক্কুনা বেনী
নোকউ, খোইরুম মীনোক্না॥
মিংজবা লৈকোম্নুহুন্দা লৈরাং পরেং
লেংলগা চিক্না মুংশি য়াথন্দা লুপ্পুনা,
হুম্নকউ খোঙদোই কাইদ কাইদ,
য়াকাইহুনা চীংথৈ হুনবদা হুকউ ঙক্না লৈরাং পরেং,
উরিগুম নৌজবী পাম্বোম্না ফম্মু নাক্না কোন্দুনা॥
( ব্রাহ্মন শাবা কৃষ্ণ চঙলকপা )

বভ্রু— অম্মুক কুইরবা তুংদা ননাইবু নিংশিঙবিরব্রা ? (খুরুম্বা)

ইরা— সখি বাসন্তিকা থুনা চৎলু ব্রাহ্মনগী পাদা অর্ঘ্য লাংঙুরো। (ইরা বাসন্তিকা চংখিব) মতম্ থরদংদি বেদী মথক অসিদা অমুক্তা পোত্থাবিখো।

শ্রীকৃষ্ণ—(ফম্মগা) নখোই লোইন য়াইফরিদনা ?

বভ্রু— অচুম্বনি দেব— নহাক্কী অশীর্ব্বাদনা লোইনা মঙ্গল ওইরি। কদাইদগী লেঙবিরকপনো, করি তাকপিগদবা লৈবগে ?

শ্রীকৃষ্ণ—থবক য়াম্না লৈখ্রে, মফম অমতদা নিঙাইদনা লৈথোক-পম্নু ঙমদরে— ঙসিনা ভদ্রবতীপুরদগী লাকপনি।

বভ্রু— কুরুক্ষেত্রগী লাম্লাও লোয়রবরা, দেব ?

শ্রীকৃষ্ণ—লোয়বে ইবুংঙো ! কুরু শাগৈ মাঙহন্দুনা পাণ্ডবনা জয় ওইরে।

বভ্রু— কনানা বীর দ্রোনাচার্য্যবু হাৎখি দেব ?

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জুন্না হাংলে ইবুংঙো।

বভ্রু— অর্জ্জুন্না ! শিষ্যনা গুরুবু হাৎলবা ?

শ্রীকৃষ্ণ—ইবুংঙো ! সংসারগী মীওইবগী লমচৎ অঙকপগী মশক্তি, ঐদি-করিমতা খঙথিদ্রে। শিখিবা দ্রোনাচার্য্য অসিনা মহাকমক্কী মচা অশ্বত্থামামকপু তাকপীদনা অমকপা লৈত্রবা খুৎলাই পূম্নমক থাকপা লৈতনা তম্বিরবা— মচাদগী হেন্না মুংশিজরবা অর্জ্জুন্নি। অদুগা অর্জ্জুন অতুনদি লৈপাক মচেৎ অত্থমা পাম্বগী, করি লৈত্রবা নেশ্না অতুনা কুপ্তুনা তরাইনা মহাক্কী গুরুবু হাৎপদা চিঙনদে।

বভ্রু— য়াম্না তোল্লবা লৌনম্বা অর্জ্জুন্নি দেব।

শ্রীকৃষ্ণ—অমসু তাথো, ইবুংঙো লৌনমত্থুন দ্রোনবু থাজহল্লগা ক্ষেত্রিয় শাগৈগী মৈতাল অশিবা অত্থুনা মহাক্কী গুরুবু হাংপনি।

বভ্রু— লৌনমত্থুনা থাজহল্লগা ?

শ্রীকৃষ্ণ—অচুম্বনি ইবুংঙো—হঙ্গোইববা নমথাক অননা— কালান্তক যমগা মান্নবা ব্রাহ্মন মবক্কুগী অথোইবা দ্রোন্না লানফমদা কদ্রগী শকফম লৌত্থুনা তেন লক্ষা কয়ান আকাশ অসি কুপ্পুনা পাণ্ডবকী তেঙ্গোলদ চংলক্লে। পাণ্ডবকী লানশংদা হাহাকার লাংতনরে—কনাগীসু মতিক লৈখিদ্রে, দ্রোনাচার্য্যগী অশাংবা মৈগা মাইয়োক্কুগদবা কুট চক্র হৈববা যত্থুপতিন লৌনম্বা ব্রাংডাং শন্দোক্লে— দ্রোনগী মচা অশ্বত্থামা শিরে হায়না মচা শিরে তাবদা— গুরু দ্রোনাচার্য্যনা লীকং তেন্দোং থাদোক্কুন দোলাইথক্তা তুথরে। খুদোং অত্থু থডলত্থুনা লৌনম্ব কৃষ্ণগী ইংগিৎনা, ধনঞ্জয়না মশামক্ক মাগী গুরুবু হাংথরে।

বভ্রু— ক্ষেত্রিয় মশামক্ক থুংলাই থাদোক্লবা মীদা তেম্না থাবা!

শ্রীকৃষ্ণ—কনাবুনো নহাক্না ক্ষেত্রিয় হায়রিবা—মহাক্কি ক্ষেত্রিয় শাজননবা নত্রগা ক্ষেত্রিয় মৈতাল অসিবা হায়গেরা হায়য়ু। গুরুগা মপাগা চপমান্নে — অমত্তনি। গুরু হাংপা উমলবদি মহাক্কী শোইদনা ইলায় লায়না মপা হাংপা ওয়্যগনি। নিয়ম নাইদবা লমচৎ নাইদবনা জগৎ অসি শিনবা থুংলবনি মরম অসিনা হৌজিক্কি অশোনববু নৈবিরি। লমচৎ

নাইদব' লৌনম :তীবনা জগৎ অ'সিদ। নাপল তৌতুনা মবেং কন্দুন' :কাইবি— অচুম অরানগী লানফমদ', অচুম্ববু অবানবন :নিবিববদা কনামতন' কনবিবদ্রে। কয়া অরাবগী মশাক্র ? অকনব' অমত' লৈখিদ্রবরা বসুন্ধারা (পৃথিবী) অ'সিদ' ?

বভ্রু— য়াহয় অতু তা'কপিগনু দেব—পৃথিবীদা অকনব' য়াম্না লৈরি।

শ্রীকৃষ্ণ—অমুকসু হায়গে অকনবা অমত লৈত্রে— পৃথিবী অসি অচুম্বগীদমক্ত অমদি ধর্ম্মগী গৌরব ডাক্লবগীদমক্ত', হায়য়ু - কনান' য়াথল তৌদন' মথয়াই থাব' ডমখিবগে ?

বভ্রু— দেব ! ননাইগী ইবাল লৌবিগনু— মতু ঐহাক ডমজগনি।

শ্রীকৃষ্ণ—নহাক্ত ! ঐ থাজদে।

বভ্রু — প'রিক্ষ' তৌতুন' য়েংবিথে ।

শ্রীকৃষ্ণ—কাউরববা মনিপুব নিংথৌ— ভীষ্ম শিবদা থরাই শোকখিদুনা অর্জ্জুন হাংপিয়ু— নিখিবা নত্রা নডোন্দ ? ইথোঙ শোক্তুনা য়াশক্রগা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ঐগা লোইননা চংখিত্রা নহাক ?

বভ্রু— কাউজত্রি দেব— কবিমত' কাউজদ্রি। কুরুক্ষেত্রদা চংপা ইমানা য়াথিদে, ইমাগী য়াথং হীকতোকপা ঐদি ডমদে। অদুবু তাও ব্রাহ্মন— পূম্নমক অদো ঐগী থম্মোইগী অথুপ্পা কা'চন খুদিংমক্তা লোইনা লেংতুনা লৈরি। কৈদৌডৈদসু কাউদ্রি— অর্জ্জুনা অরানবা লাম্লোংদা ভীষ্মবু হাংলে। স্বর্গ ফংখ্রবা গুরু পন্দুন য়াশকখ্রব'নি— অর্জ্জুনবু হেক ফংবা

মক্ষম অদুদা মহাক্কী মথবাক্কী ঈনা ঐগী থম্মোইগী মৈচাক অসে ইংহনগদবনি।

**শ্রীকৃষ্ণ**—তাখো ইবুংঙো— যুধিষ্ঠিরনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরে— মন্ত্রনা শেংলবা শগোল অদু লৈপাক খুদিং কোয়না চেল্লকই। শগোল অদু ঙাক্নুনা অর্জ্জুন চংখ্রি। শগোল মরাইবক্তা সনা কোম্পাক্তা ইদুনা থেংলি, "শগোল অসি হেক ফারম্বা মুপা অত্তগা লোয়নন' অর্জ্জুনগ লান তৌবা শোয়দ্রবনি।" অদুদা ঐনা লাকইবদি— নহাক্কী লৈপাক অসিগী লমগী মমুংচনব চীংশাং অমদা হায়রিবা যজ্ঞগী শগোল অদু উরমই। থুনা নহাক্না চত্নুনা শগোল অদু ফারবদি অর্জ্জুনগা উ-নবা শোয়দ্রবনি— মসিমতং নঙোন্দা তাকনিংবনি।

**বভ্রু**— দেব! অমুক্তং লেডডুসি— শগোল অদুতা ফাজরগে।

**শ্রীকৃষ্ণ**—অদুদি ম্ব অমা তাখো বভ্রুবাহন, ঐগী খোড শোক্নুনা অমুক্তগা ৱাশকখো— "লান তৌদনা শগোল ফাক্লরগা পীরোই" হায়ন।

**বভ্রু**— নখোড শোক্নুনা ৱাশকচরবনি— লান তৌদনা অর্জ্জুনদা শগোল পীজরোই।

**শ্রীকৃষ্ণ**—ফরে ঐগী ইতুং ইল্লকউ।

(অনিমক থোকখিবা)

(চিত্রাঙ্গদা চিত্ররথ চঙলকপা)

চিত্রাঙ্গদা--বভ্রুবাহন অদু কদাইদা অমুক চৎখ্রবনো ?

চিত্ররথ—হৌজিক্তা অসিদা লৈহৌবনি।

চিত্রা— ওন্থোকপগী তঙাইনি—লেঙদনা ঙাইহাক্তা লৈবা ঙমদবা অসিবু করিনো ?

চিত্ররথ—তাথো ইমা — বভ্রুগী লুহোংব মুমিৎ লেপ্লে— মুমিৎ অদুস্থ থাপত্রবনি। হৌজিক্তি নহাক্ন নিঙায়দনা লৈথোকপা চুমদ্রে ইমা। নহাক্ন লৈথোক্লবদি—হন্নুবা ইতোমতনদি করি পাঙথোকপা ঙমখিগনি।

চিত্রা— খুরা ইবুংঙো— ইপানা নঙোন্দা লৈপাক অসি শিন্নরম্নগা খুয়া তুশিংনা য়াতাখিবনি— মৃতুগী তম্পাক্তা। ঐদি অপঙ-বীনি, অদুগা ঐগী বভ্রুস্থ অঙাংনি— লৈপাক অসিগী শাগৈ অসিগীস্থ অফ ফত্তা পূম্বা নথক্তা তারবা ঙাক্তনি।

চিত্ররথ—ইয়াম্বা নোঙ্গাখিবা মুমিত্তগী য়েক্লবা পূম্নমক্তা নহাকপু, কনা লৈত্রে থন্দুনা লৈপাক অসিদা কয়া কয়া লান্দারে— মনুংগী য়েক্লবা কয়ানা লোনমগী লাং কয়াস্থ থাকখি, সিংহাসন অসিতা মুনগে হায়তুনা— অদুবু ইশা ইতোম-তনা লোনম্বগী লাং পূম্বা থদত্তুনা— লৈপাক মরা চেৎ-হনখিবনি। অদুবু ইমা— হৌজিক্তি ঐহাক হন্নুরে— কয়া কুইনা কোকথোং অসিবু পুবা ঙমখিগদগে ? চহিগা লোয়ন লোয়ননা বুদ্ধি পূম্বা চৎখ্রবনি।

চিত্রা— হে দেব ! লোইনা ঐহাক থঙজে। নহাক লৈবিরি হায়বগী ইচানা নিঙায়দনা লৈজবনি।

চিত্ররথ —হন্দক্তি চিত্রাঙ্গদা— ঐগাক পোথাদব য়াম্রে। অশিবগী খোম্থাংন নাকোংদ তত্তনা তাররে। বভ্রুন মশাগী মরৈ-বাক অসি মণান ভাকচরসনু। অতুগা চিত্রাঙ্গদা হন্দকী লুহোংবা অসিদা, হায়য়ু কনা কনা বার্ত্তন তেসিগে?

চিত্রা— বভ্রুগী লুহোংবা— মসিনা ঐগী পুন্সিগী অচৌবা কুম্মৈ ওইজরে। লৈপাক অসিগী লাইরবা খুদিংমক লোইনা বার্ত্তন তৌবিয়ু। মণিপুরগী মুপী মুপা খুদিংমক ঐগুম্না লোইনা হরাউহনবীয়ু। লনগৈ পুক্কৈ পুম্বগী থোডজাও পুম্বা হাংবিয়ু, লৈজবা লন থুম পুম্নমক অন্না অনা প্রজা পুম্বদা লোইনা য়েন্দুনা পাবিয়ু।

চিত্ররথ —অতোপ্পা কনা অমত্তা বার্ত্তন স্তকপী পীরোইদ্র হায়বা?

চিত্র — কনা অমত্ত পীরোই।

চিত্ররথ পঞ্চ পাণ্ডবপু নিমন্ত্রন তৌবদি চুমই ইমা।

চিত্র — করিগীনো দেব?

চিত্ররথ—মচাগী লুহোংবগী পাওবু মপা তাক্তবা হৌনবরা?

চিত্র— মপা অতুনদি—মচা পোকপা মুমিত্তগী নোংমত্তা ফাওবা হংবিদ্রগা মচা লুহোংবগী পাউবু মডোন্দা তাকপগী করি কান্নরিবগে?

চিত্ররথ —ইমা— মতুগী করি ওইনফম লৈবগে?

চিত্রা— কনাদনো ঐনা ওইনরুগদবা দেব— চহি ২৫ চুম্না মহাকী মুপীনি হায়বগী নোংমা ফাওবা নীংশীংবিদ্রগা— মডোন্দা ওইনরুববু, করম্বা মতমদা মায় পাক্কদগে দেব?

চিত্ররথ—ইমা মহাক্নদি য়াম্না থাপ্না লৈবনিনা ধনঞ্জয়না নহাকপু উনবা ভমদবসু য়াই।

চিত্রা— কনানা মতোন্দা ঐবু অসিদা থম্মু হায়বগে ? মণিপুরগী নিংথৌ পোকপী ওইহুনসু— য়াইফবগী খুদোল নোংমতসু পাম্মুদে। ঐহাক মহাক্না লোইনবীনি— ধর্ম্ম সাক্ষী থমহুনা ঐবু মহাক্না লুহোংখিবনি। অদু মুংাই খুদিংদা ঐমু মহাক্না শরুক য়াজগে শেম শাজবা নত্রা ? অদুবু করিগী অমুক কুইনা নিডশিংবিদে ;

চিত্ররথ—কুরুক্ষেত্র লানফমদা— কুরু পাণ্ডব অনিদা— অকিবা ফংলবা লালগী মৈরিনা— অকাশ পকনা চাকলম্মী— মসি নহাকসু থণ্ডলিবনি—অদুগীদমক্ত অর্জ্জুনা নহাকপু কৌশিনদবনি ইমা।

চিত্রা— সুভদ্রা দ্রৌপদীগুম মনাক্ত লৈহুনা য়েক্রবশিংগী নাপল য়ৈথেকপদা— মতেং করি অমতা পাংবা ভম্মোইদরা ঐহাকপু দেব! অডাং ওইরিবৈদেগী নহাক্না তম্বীহুদা খুৎসু খুৎলাই পুম্বা থাকপা লৈতনা হৈজবনি। তাঞ্জা ফংবা থোক্নবদি দেবরাজ ইন্দ্রমক্তা লোইননা মাইয়োক্নবা লানফমদা লানবা ওইজনিংবনি— অতোপ্পী মুপীগী মতৌগুম ঐগী পাম্বোমসি থোৎপা নত্তে লৈরাংগুম— বজ্র লিশিংগা মান্নবা কনখ্রবা পাম্বোমনি। অদুবু ঐহাক্না করিগী মনাক্তা লৈবা য়ারোইদবনো ?

চিত্ররথ—নহাক্না ধনঞ্জয়গা লৈমিন্নখিবা মতমনা য়াম্না কুইথিদবনা

মহাক্না অতোপ্পী মুপীগী মতৌঙ্গুমনা থম্মোই শোনবীনি খন্দুনা— নহাকপু থৌওইবিদবরা থল্লি— মহাকমকনা মসি নত্তুনা অতোপ্পা য়াথঙ্গনদি নহাকপু থৌওইদক্ষম থোক্কে।

চিত্রা— ঐবু থৌওইবিদবা! ঐবু থৌওইবিদবগী থংনবা পাঙ্গল ঐগী থম্মোইদা মপুং ফানা লৈরে। অতুগা দেব! ঐগী বভ্রুবু থৌওইবিদবদি মমানিনা ঐহাক্কি করিমতা খাঙবা ঙমদে— অতোপ্পা মমাম্নবা অঙাংশিংবু— মপামা লূনা তৌবা উরগা— মপাবু মুংশিবগী য়ারী তাক্লুরগা— মপাগী মশক উনিংঙবা— মপানা চানবা পামজরগা মচা অসিনা—ঐগী ঙকশমদা কোন্দুনা কয়ারক ঐঙোন্দা হংজখি, মহাক্কী মপা কনানো। অতুবু লাইবক থীবী ঐহাক্না খুম্বা কৌবা ঙম-খিদে— সংসার মশক খঙদ্রিবা পিকলিবা ইচা উরগা অঙকপা অৱাবা অগনা থৌনাও অসি যুনখিদুনা মহাক্কী পাউথুম পীখিদে।

চিত্ররথ—করিনো! করিনো চিত্রাঙ্গদা! করিগী কপলি ইমা?

চিত্রা— অথোইবা অকনবা ধনঞ্জয়না মহাক্কী মপানি— ধর্ম্মগী থাঙ্গৈশেংবা শক্তম নিংথৌরেল যুধিষ্ঠির, দণ্ড পায়রবা যমমক্কা মাম্নরবা বীর বৃকোদর— অনিনা মপল! অতুবু ঙসি ঐগী বভ্রুনা জগৎকী মমাঙদা মপা মশক খংদনা লৈরবা! মমা ওইবী ঐহাক্না করমনা অসিবু কাউগদগে— অস্মুক য়াম্বা য়ারমশিং অসি থম্নবা ঐগী মফমনা কদাইদনো?

চিত্ররথ—ইমা— অৱাবা অমদি মুঙাইতবা অসিনা— জগৎ অসিগী

মহৌশানি। কপ্পদগী হৌখিবা মীওইবগী পুন্সিনি—কপ্পদা লোইবনা মশিঙ্গাংনি। অয়াবা কোকনব হোৎনবনা—মীওইবগী অথোইবা মথৌনি। থবক্কী লোবুক অসিদা পঙ-শিন্দুনা লৈরবদি অয়াবতা হেনগৎকনি। মুডাইবা অইডবা পুম্নমক মাঙথিগনি। নহাক্তি সতীনি—নহাকপু পোকপী ইতৈমস্থ সতীলক্তগী অথোইবীনি—নপুরোইবদা অশাওবা থম্বা হৌনদে—ইশামক চৎকনি ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী মফমদা—মুনাও মরিগা লোয়ননা—ইকাই খুম্না নিমন্ত্রন তৌরুথিগনি।

( ইরা চঙলকপা )

চিত্রা— করি তৌরে—করিগী নমাই মকশিল্লি— করি তৌরে ইমা ?

চিত্ররথ—করি তৌরবগে ইগুবে ?

ইরা— ইধৌ, বভ্রু কদাইদ চংখ্রে ? কোন্নুংগী মফম খুদিং থিরুরে—মহাক্কা উনবা ফংদরে।

চিত্ররথ —অদুদি মহাক য়াম্না লানে। নঙোন্দা তাকলমদনা নহাকপু হেক থাদোক্কুনা চংখ্রিবা ?

ইরা— ইমাগা ইধৌগা খঙহৌরবনিকো।

চিত্ররথ—মহাক হেক লাকপগা, নহাক্কী নমাঙদা সাস্তি পীগনি

ইরা— মানি ইধৌ, মহু শোয়নুকো— মাবু থর কিহন্নুকো।

চিত্ররথ—অমুক য়াম্না লাল্লগবু করিগী সাস্তি পীদনি। য়ায়ু, করি সাস্তি পীয়ুগে।

ইরা— পীনিংবা অমা।

চিত্ররথ —বভ্রু হেক লাকপদা মনা অনি অদু ককথংলুরা ?

ইরা— তুম মদু ফত্তে—মনা অদু ককথংখ্রবদি ঐনা ডাংবা কবিমতা তাররোই।

চিত্ররথ—অদুদি মরু অদু কোকথোক্লগা শুমু য়াইডং তৈরবদি ?

ইরা— মদুস্তু ফত্তেদা। অদুক ফজখ্রবা মাগী মশক অদু লোয়না মাওখ্রগনি।

চিত্ররথ—অদুদি করম তৌনি ? অরাবা তাবা তারিনা।

ইরা— তাখোও ! বভ্রু লাক্লগা হায়য়ু, নোংমতস্তু ঐবু থাদোক-তুনা চংপা য়াদে, হায়য়ুকো—কো ইধো।

চত্রা— ফ.র ফরে মদু হায়গে—মতুমক হায়রগে।

চত্রবথ—ঐস্তু হায়গে। চিত্রাঙ্গদা, চংলশি—থবক য়ামইনে—চংলগে ইম.!

(চিত্ররথ চিত্রাঙ্গদা চংথিবা)

(ইরা ঃইহাক কোইয়েং য়েংলম্মগা ঈশৈ শকই)

## ঈশৈ

মালংদা তিনথরে অমুবা মপৈ
হৌরক্লে মালেমদা নোংলৈ॥
হৌনা থাকপগী খোঙ্খাংগা তিন্নবগুম
নাওশুম শৈরোইনা শুমলি ঐগী থম্মোইবু॥
মিংয়েং কারন য়াংমদা উদবা শক্তমগী ঈঙ্গিৎতা
শিন্থবা নোংলীক মরক্তা থাইন মৈশা
হোল্লকপা সুরছু য়ৈরে থম্মোইদা॥

(বভ্রু চঙলকই)

বভ্রু— ইর', ইরা ! তাথো হায়বনি— তাথোও।

ইরা— ( বভ্রুরোমদা য়েংউরগা লৈথোকখিবা )

বভ্রু— য়েংউসে কয়া ফজখ্রবা শগোল অমথক ফারকলব।

ইরা— শগোল— কদাইদা লৈরিবা ?

বভ্রু— আ-দা— য়েংউসে।

ইরা— এঃ ওন্থোক্লা ফজখ্রে ! বভ্রু ! মসি ঐ লৌজরগে।

বভ্রু— খঙবরা, মসি কনাগী শগোলনা ?

ইরা— খঙদে।

বভ্রু— মহারাজ যুধিষ্ঠির যজ্ঞ তৌরে—মসে যজ্ঞ অতুগী শগোলনি। শগোলগী মরাইবক্তা ইরি—"শগোল অসি ফারবা নিপা অদো অর্জ্জুনগা লান শোয়দ্রবনি।"

বভ্রু— করিগী ?

ইরা—( অর্জ্জুনগা লান শোক্লবা ! হুম, ঐ য়াম্না কিবো।

বভ্রু— অদুক কিগনবা— অর্জ্জুনগী মমিংতা তাবদা নশা অদু নিকলবা !

ইরা— ইমানা হায়রুনা তারে— গাণ্ডিবা পায়বা অর্জ্জুন ভারতকী অথোইবা লীরুং হৈবনি। মল্লযুদ্ধদা— দেবাদি-দেব, মহাদেববু পেলহন্দুনা পাশুপাস্ত কৌবা খুলাই লায়না ফংখি। খাণ্ডব বন থাদো বজ্রধর ইন্দ্রবু মায়থিবা পীখি।

বভ্রু— পুম্নমক ওইজসনু— অদুং ওইরিবদগী পাম্লরুবা মাইয়োক্লবা লানফমদা অর্জ্জুনবু মাইথিহনগে খনবনি। মতুগী

খুদোং অতু— ঈশ্বরনা ঙসিতা পীনরি। লান তৌদনা শগোল পীবা ওইথোক্তবনি, ইরা।

( থোঙ শঙবা চংলকপা )

থোঙশঙবা—পাণ্ডবকী লানশংদগী সাত্যকী লাকই— মহারাজগা উনজগে নিঙশিংজরকই।

বভ্রু— অসিদা পুশিল্লকউ। ( থোঙশঙবা থেংকথিবা ) ইরা! অসিরাইদ' ঙাইহাক্না কম্মু, ঐ সাত্যকীগা উনখিগে—কুইরকলোই চংলে।

ইরা— বভ্রু!

বভ্রু— করিমতা কিগনু! সাত্যকিগা ঐগ থংনবা নত্তে। আদো! সাত্যকি লাক্লে--চংলো পন্থরগনু।

ইরা— ঐবু তাম্বোক্লনু, ঐহাক রা অমত ঙাংলকওই, মচি অমদা তুমিন্ন' লেপ্পুনা লৈজগে। ( সাত্যকি চংলকপা )

সাত্যকি— নহাক মনিপুরগী নিংথৌ বভ্রুবাহন হায়বা অতুবা?

বভ্রু— নহাক্না খল্লম্বা চুমই— ঐহাক্নি বভ্রুবাহন হায়বা অদো। অতুগা অথৌবা নহাকনা কনানো? নহাক্কী পরিচয় করিনো?

সাত্যকি—ঐহাক্কী মিং সাত্যকি কৌই— যদু শাগৈদা পোকপনি।

বভ্রু— ওঃ যদু শাগৈগী অথৌবা লীরুংদা হৈব সাত্যকি হায়বদো-অতুগা ঐগী ইনাক্তা লাকপনা করিগীনো মতু থঙবা য়াগত্রা?

সাত্যকি—ঐহাক্না তারে— নহাক্না অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ফারে—অতুগীদমক—

বভ্রু— অচুম্বরা, হংবা লাকলিবা ? অথোবা, নহাক্না তারিবা অহু লান্দে—নখোইগী যজ্ঞগী শগোল ঐনা ফারে। য়েংউ অসে নিংথিনা চেকশিন্না পুন্দুনা থমলিবনি।

সাত্যকি—খঙলবরা নহাক্না ফারিবা শগোল অহু কনাগীনো ?

বভ্রু— উম নিংথিনা খঙই।

সাত্যকি—হৌজিক শগোল অহু ঐঙোন্দা পীয়ু, নত্রবদি—

বভ্রু— নত্রবদি—অর্জ্জুনগা লান শোয়ত্রবনি।

সাত্যকি—শগোল মরাইবক্তা ইরিবহু নহাক পারেদনা।

বভ্রু— পাবতা নত্তে— য়াম্না নিংথিনা লৌথোক্তুনা ইনাক্তা থমলি।

(লাইরিক অহু উৎপা)

সাত্যকি—নহাক্কী পাওথুম করিনো ?

বভ্রু— ক্ষেত্রিয় নহাক্না পাওথুম অমুক ঐঙোন্দা হংলি, তাও অথোবা— ফাগে হায়না ফারিবা শগোলনি, লান তৌদনা কৈদৌঙৈদস্সু পীরোই।

সাত্যকি—হৌজিকস্সু খন্দুনা য়েংখো ! কনাবুনো নহাক্না য়েক্নবা ওইনা লৌরিবা।

বভ্রু— খঙই, অথোবা।

সাত্যকি—(করি লৈতবা মঙাং নহাক্না)— করিগী খুদোংথিববু কোনশিন্নি ! পৃথ্বী ডম্বা পার্থ অথোইবা লৌরুংদা হৈবা, ময়াম্বা ভীমসেন অমদি লানবা লৈত্রবা খুৎলাই পায়বা লক্ষা লক্ষানা শগোল ডাক্তুনা লাক্লি। অহুগা পিকলবা মণিপুর অসিগী মবুঙো নহাক্না—

ইরা— পিকই চুমই মণিপুরসি। অহুগা পুকচেল পিকওই মণি-পুরগী নিংথৌদি। কন থৌবদা কনা অমতদগীসু হন্থবা নত্তে মহাক্তি। ঐনা তাবদা নহাক সভ্য লৈপাক্তা পোক-পনি— অহুবু সভ্যতা হায়বা অহুদি করি অমতা খঙ-ত্রিমাগে— মরমদি নিংথৌদা করম্বা থৌগল্লোন শিজিন্নবা হৌনৈ হায়বা নহাক খঙদ্রি

বভ্রু — তোকলো, মহুগী কান্নবা লৈতে, হৌজিক্কি নহাক হল্লো— পাও পীজরু নহাক্কী পৃথিবী ডম্বা অথৌবা অহুদা— মণি-পুরগী নিংথৌনা শগোল ফাবে, লান তৌদনা পীরোই হায়য়ু।

সাত্যকি—হৌজিক্তা খঙলি— নহাক যম য়েৌবা তারে— মহুননি চুম্মী মী পূম্নমক জ্ঞান মাঙবা হৌনৈ নত্রবনি অর্জ্জুনগা লানপাবা পামফম থোক্তে। ডাইহাক্তা ডাইরে, তেম্না ফুক্কুনা পুত্রগা পিকলবা মণিপুরসি সমুদ্রদা লূপথ্র-গনি। নহাকসু শাগৈগা লোয়ননা শিবা শোইদ্রবনি খঙজো।

বভ্রু— নহাক্কী পাওতাক্কী অমৃত থৌজেং য়েৌনা থকচরে নহাক্তি করি লৈতবা লান্মীনি, মহুগী পাওথুমদি নডোন্দা পীরোই। থুনা চংলো অথৌবা, হায়রু নহাক্কী নবুডো লৌনম্বা অর্জ্জুন অহুদা।

সাত্যকি—করি হায়বা— লৌনম্বা অর্জ্জুন ?

বভ্রু— অমুকস্নু হায়রিবা অসিনি—লৌনম্বা অর্জ্জুন। মখোইবু মুংশিবনা অফ ফত্তা উথিদ্রবা, ধর্ম্ম লৈরবা কল্লবা ভীষ্ম দেববু অর্জ্জুন্না লৌনমতুনা হাৎখিদরা? লাইগা মান্নরবা বীর দ্রোনাচার্য্যবু মীনম্বা ব্না হায়তুনা, নমথাক তৌদুনা শাদানবগুম—নহাক্কী পৃথিবী ওম্বা অথৌবা অতুনা হাৎপা নত্রা?

সাতাকি—কুরুক্ষেত্রগী লানগী মগুণবু মুর্খ মহাক্না করমনা খঙগনি।

বভ্রু— খঙউবগীম্নু কান্নবা লৈতেনে, অকনবা—চৎলো, নবু:ঙা অতুদা হায়জরু—মপাঙ্গল লৈরগা মায়য়োক্নবা লান্দা ঐবু মায়খিবা পীরগা শগোল পৃথিবা য়াগনি চৎলো।

সাতাকি—ফরে, ঐ চৎলে—থিন্দনা মসিগী মতিক চাবা সাস্তি ফঙলগনি।

বভ্রু— নহাক্না নিংবা অতুত খুংহনবররে, হে বীর কেশরী। অতুগা তাথো সাত্যকি, অর্জ্জুন অতুদা হায়য়ু—ঐদি ধর্ম্মবু য়াম্না কীবা অহল ভীষ্ম অতুস্নু নত্রি, নপুংশক উরগা লান্দা খুংলাই থাদোকনি নিংশয়ু, অতুগা য়াম্না মচাবু মুংশিজবা ব্রাহ্মন দ্রোনাচার্য্যস্নু নত্তে—লৌনম্বা ব্লাঙাংনা নমথাক তৌবস্ত মতিক নত্তে হায়য়ু—অতুনা অনৌবা লৌনম থর হৈরবদি ঐগা লানবা য়াগনি, নত্রবদি মহাক মণিপুরদা শিবা শোয়দ্রবনি খঙহল্লু।

সাতাকি—অতুক নাপল তৌবা, অস্নুক চাউথোকপা।

বভ্রু— নথোইদোনা মতিক চাদনা নাপল তৌদ্রি। কুরু পক্ষবু লোনমতনা হাৎলগা, পৃথিবী অসিবু অকল অগৌ লৈত্রে খন্দুন শগোল মরাইবক্তা নাপলগা লোয়নন ইরকপ', নথোইগী লাইরিক অসি মচেং মচেং শেগাইত্নুনা খোঙ-পাকনা নৈহংলবা অসিনি। নপাঙ্গল লৈরগা মসিগী লমন খুমজরোও, চংলো।

( সাত্যকি শাউনা চংথিবা, চিত্রা চিত্ররথ চঙলকপা )

চিত্র— বভ্রু!

বভ্রু— ইম', ওসিদি ঐগী পুন্সিগী অযুকনি। নহাক্না তাকপি-তুন তাজবা অহুমসুবা পাণ্ডব অর্জ্জুন, ফাওরবা লীরুংদা হৈবদে — ঐ য়াম্না মহাকপু উজনিংলম্মী— মহাক অদো ওসিদি মণিপুরদা লাক্লে।

চিত্র— মণিপুরদা লাক্লে — অহুমশুবা পাণ্ডব?

বভ্রু— যুধিষ্ঠিরনা যজ্ঞ তৌরি— শগোল চাকুনা লাকলে অর্জ্জুনদো মহাক্কী শগোল অসি ফাত্নুনা নিংথিন থম্মী, য়েংউ অসে ইম।

চিত্র— করি কৌই হায়বগে নহাক্না তৌরিবা অসে— অপডবা অভাং— নংন' ফারিবা শগোল অসি কনাগীনো থডলবরা? হৌজিকমক যজ্ঞগী শগোল অসি থাদোকখো।

বভ্রু— করি হায়নো ইমা! অকনবনি নাপল তৌদুন', পাণ্ডবকী যজ্ঞগী শগোল ফারুরগা— হৌজিকসু নাপল তৌনা সাত্যকিদা লানতৌদনা শগোল পীরোই হায়দোকখ্রবদা ঐনা।

চিত্রা— অপঙবা অঙাং, কনাগনো নংনা লান পাম্মীবদো ?

বভ্রু— য়াথং পীনবিরো অপোকপী— নহাক্কী অশীর্ব্বাদনা ঙসি অর্জ্জুনগী নাপল য়েথেকচগে লানফমদা।

চিত্ররথ—ওইথোক্তবনি লান অসি। তাথো বভ্রুবাহন— অহুমগুবা পাণ্ডব ধনঞ্জয় অসে নহাক্কী নপাবুংনিনে।

বভ্রু— ঐগী ইপ— পাণ্ডবকী অর্জ্জুনবো! ইমা, থাঙ্গৈশেংবমক ঐগী ইপারা বীরশ্রেষ্ঠ অর্জ্জুন অসে ?

চিত্রা— অচুম্বনি ইবুংঙো, নপাবুংনি অর্জ্জুনম্না। ঙাকপিয়ু হায়তুনা মথোঙদা তুজরু।

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা ব্লাগমু নহাক— ইশামক বভ্রুবু পুন্থনা চৎকনি অর্জ্জুনগী মনাক্ত— মচা মুংশিবগী থৌরিনা—মুংগুম পুকচেল কনখ্রবা অর্জ্জুনদো পুন্দুনা ননাক্তা পুরক্কে। নপুরোইবনা হুন্দোকপিরবী লাইবক থীরবী! মহুদা অমুক্তা য়েংগে— থাইনা মৈনা কংখ্রবা নহাক্কী চিবান্দা, অরাবগী পিক্তনা চোংলবা মিং-স্না অনিদা— করম্না হরাওবগী থম্বাল শাৎপগে। মহু উরগা ঐগী থম্মোইদা করমনা ঈহৌবগে মতুম্মু খঙলনি।

ইরা— বভ্রু! বভ্রু! থিল্লমু হৌজিকমক ঐথোয় অনি চৎখিতুনা পাণ্ডবকী লানশংদগী অর্জ্জুনবু ফাহুনা পুরকসি।

বভ্রু— হৈধো, লান তোগনি হায়দোকখ্রগা লান তোদনা কৈদৌঙেদম্মু শগোল পীরোই। মরোল অহুম্না থিনা ঙাংনবা, মী পূম্নমক্না নোক্লবা, মথরাই পাম্মুতুনা শগোল পীরুরে,

হায়বা-- হুম, মসি ওস্মরোই ইমা। নহাক্না তাকপিরে— ইপানা ক্ষেত্রিয় অথোইবনি— মহাক্কী মতিকচাবা মচানি হায়বা লানকমদা খঙহনগনি।

চিত্রা— নহাক্কী নপাগা লান পানিংলিবা! লাক্লে, হৌনদে। অতুগুম্বা য়াহৈদো নচিন্দা পলহৈদে ইবুংঙো। তাদ্রিবরা নহাক, মপাগী য়াথং ঙাক্লবগীদমক্তা, মখুৎমক্লা হাৎখি মমাবু ভৃগুরামনা। মপানা পেনবিরগা দেবতা পূম্নমকস্থ পেনবি হায়বা কাউরবরা?

বভ্রু— অতুবু ইমা, ব্রাহ্মন অতুগী মাঙদা মহাক্কী মথোঙ শোক্‌নবা য়াশকচখ্রবনি— লান তৌদনা পাণ্ডবতা শগোল পীরোই হায়না।

চিত্ররথ—কনানোনে ব্রাহ্মন অতুবো? কয়া কুইনা খঙনরবনো, নহাক্কা করি থোকনৈ? অয়াবনি, অস্থক কুইনা নহাকপু নহৈ তম্বিরকপা অসিগীয়া, হনুরগা ঐনা হায়বা ইন্দবা— হকচাং অসিগী ঈ শুমথহুনা লৈপাক অসি ঙাকলকপগী মহৈনা— মমা মুংশিবা খঙদবা। অপঙবা অঙাং! হৌজিক নমাগী য়াথং ইক্লোইদৌরিবরা?

( শ্রীকৃষ্ণ চঙলকপা )

শ্রীকৃষ্ণ— বভ্রুবাহন!

বভ্রু— দেব!

শ্রীকৃষ্ণ—নহাক্কী য়াশক কাউখ্রবরা?

চিত্রা— কনানো নহাকপু, ব্রাহ্মন— মপা হাৎনবা মচাদা পাও-
তাক পীরিবা নহাকপু ?

শ্রীকৃষ্ণ—মহারাজ বভ্রুবাহন ! নহাক্কী ব্রাশক ডাকেরা, ডাকলোইরা হায়রু। খুমদ্রে। ক্ষেত্রিয় শাশিন্নবা— ক্ষেত্রিয় শাগৈগী মৈতাল অশিবা, নহাক্না ব্রাশক ডাক্লোইদবা লৈরবদি, করিগী ঐগী খোড পায়তুমা ব্রাশকপীরি ? তারো বভ্রুবাহন, ঐহাক নডোন্দা অভিশাপ পীরবনি—।

বভ্রু— হে ব্রাহ্মন, করি অভিশাপনো ঐডোন্দা পীনিংলিবা ? নহাক্কী অভিশাপনা সংসার পুথসি প্রলয়গী মৈ ওইনা চাক্কুনা মাডগদবা ওইরবস্নু, মপোক লিশিংলক নরক্কা লৈগদবা ওইতুনস্নু— ইমাগী য়াথং ডাক্কুবদি ওইথোক্কবনি। জগৎকী মমা, জগদ্ ধাত্রিগী শক্তম ওইরবা অপোকপী ইমা— অশীর্ব্বাদ তৌবিরো, ব্রাথল তৌদনা নহাক্কী য়াথং ডাকচবা ডমনবা।

(বভ্রুনা মমাগী মখোডদা কুপ্পতুনা— মমানা আশীর্ব্বাদ তৌবা)

(লাইট)

# অহুমশুবা মতাং

## অহানবা উৎপা

### পাণ্ডবকী লানশং

### ( অর্জ্জুন মতোমতা চত্তুনা লৈরি )

অর্জ্জুন—মসিনিকো মমাংঙৈগী মণিপুবদো, মুমিং কয়া, যুগ কয়াগী তুংদা অমুক লাক্লে অসিদা। অথাপ্পদা ব্রা ভাংদবা চীংশাং পরেং শংবা-নবা উমংনা পুমশং শংখ্রিবা— নোংজুথাগী মশা নোংইরবী তুরেলগী লাইজ, মহুমতম্না পাইরক্লিবী চেক্লাশিংগী হরাও থোঞ্জেল— পুম্নমক অসে মমাংঙৈদগী খণ্ডনবগুম্বী, ঐগশু য়াম্না নকনবগুম থল্লি। ( ঈশৈগী থোম্থাং অমা তারকই। )

### ঈশৈ ( মন্নুংদগী )

লম্মুক্লবা নিপাও হল্লকও হল্লকও,
লুম্লবা কোকথোং পুতুনা কয়া থাপ্না চংখিনি
য়েংউ সন্ধ্যা ওইরক্লে॥

অর্জ্জুন—অচুম্বনি সংসার অসিদা মুডাইবনা কদাইদনো, অইংবনা করিদনো! মণিপুর! পৃথিবীগী নন্দন কানন, নহাক্কী উমংগী লম্বীদা, চীক্লবা বটকী উক্রুমদা, ঐগী যৌবনগী মঙ অদো নিংথিনা মহৈ য়ানজখি, নহাক্কী নথাদা তাজখি যৌবনগী ঈশৈ অদো— মতুগী ছন্দ, মতুগী ময়েক, সুর

অদুগী খোম্বাংশিং— অস্থক কুইরবা তুং অসিদসু থম্মোই-সুংদা মিৎকুপ খুদিংগী খোম্থাং অদুতা তাজরি। (বৃষকেতু চঙলকপা) করি পাওনো বৃষকেতু ?

বৃষকেতু—ঐ অমসুং সাত্যকিনা শগোল মতুং ইল্লকুই। মতুদগী খঙহৌদনা মহাক্কী মশক্কী মঙালনা উমং পুম্নমক ঙাল-হন্দুনা, য়াং চাউরবা মোমোন মীনোক নিংথিবা পাখং অমনা, শগোল অদু পুদুনা চৎথরে নোংথাংমুক য়াংনা।

অর্জ্জুন—পাখং অদু কনানো, মহাক্কী পরিচয় ফংলবরা ?

বৃষকেতু—ফংজরে দেব— বভ্রুবাহন কৌই— মণিপুরগী নিংথৌনি।

অর্জ্জুন—লাইবক ফবা কনানা মহাক্কী মপানো খঙলবরা ?

বৃষকেতু—মদু খঙজদে দেব, মহাকপু পোকপা কনানো মদু কনা অমত্তনা খঙদে। অদুগা মহাকপু পোকপীদি মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী— দেবী চিত্রাঙ্গদা।

অর্জ্জুন—চিত্রাঙ্গদা— চিত্রাঙ্গদা, করিহায়বা— চিত্রাঙ্গদানা মহাক্কী মমানি হায়বা ?

বৃষকেতু—অচুম্বমকনি খুড়াইখুঙো। বভ্রুবাহন উনবা সাত্যকি মণিপুর কোম্নুংদা চংখ্রি।

অর্জ্জুন—ইচাসিদি কিরুনু। নিঙাইদনা পোখাজকরো, থিল্দনা শগোল অদু ঐখোইনা ফংলগনি।

বৃষকেতু—লান তৌদনা।

অর্জ্জুন—মানি ইবুংঙো লান শোক্কদনা।

বৃষকেতু—দেব, বভ্রুবাহন অসি কনানো তাকপিবা য়াগত্রা ?

অর্জ্জুন—ঐখোইগা য়াম্না নক্লবা অমনি, মসিতা থংউ— মতুংদা লোয়না হায়গে, চৎলো পোত্থাজক্লরো।

বৃষকেতু—অজ্ঞা, অতুদি চংচরগে। ( খুরুমলগা চংখিবা )

অর্জ্জুন—বভ্রুবাহন শোইদনা ঐগী ইচানি। চিত্রাঙ্গদা, থাদোক্লম্লবী ঐগী চাম্লবী— মচা মুংশিবগী ইথৌ লাংলবা, লৈহাও চেন্দ্রবা ঐগী থম্মোইমুংদা, মকত্রবা মচা মুংশিবগী মন্দাকিনী ঈহৌহনগদবগী ইচা অসিবু নহাক্লা য়োক্লম্লে! কুরুক্ষেত্র লাঙ্গাওদা কুরু শাগৈ মাংহন্দুনা, ইকাই খুম্লবগী জয়টীকা লাইবক্তা নমতুনা, নাপল তৌনা মালেম অসিদা চৎচবা শারি। অতুবু নহাক্তি থংদ্রি চাম্লবী, কয়া শাথীনা শোকখ্রবা ঐগী থম্মোই অসে— অভিমন্যু ইচা, শিখিবগী অরাবা মৈচাক্লা থম্মোই অসি চাকখ্রবনি, তমথিরবা মৈচাক অতুনা মিংকুপ খুদিং চাকলকই— শ্বর হোনবা থোকচিল্লক্লে। মুংশিবী নহাক লাক্লো— শাগৈ অসিগী লানবিনবগী মশক ওইরবা নচা অহু পুতুনা লাক্লো। ওইন মিংয়েংনা য়েংতুনা— অমুক্তা চৈররাও মুং ওইরবা অর্জ্জুনদা। ( শ্রীকৃষ্ণ চংলকপা )

কনানো! মরুপ নহাক লাক্লে।

শ্রীকৃষ্ণ—দ্বারকাদা লৈরিবৈদা ডসি অগ্রক নহাক্তীদমক্তা পুক্লিং অসি য়াম্না মরাং মরাং তৌই। মরম অসিনা য়াম্না ফিংনা মফম অসিদা লাক্লিবনি। ফত্তবা করি থোক্কেদনা, লোয়না মঙ্গল ওইরিদনা?

অর্জ্জুন—নহাক্না মহাক্নী মরুপ ওইবা, খুয়াখাদা মহাকপু থম্বিরিবদা মহাক্নী অমঙ্গলবু থোকপা হৌনবরা মাধব ?

শ্রীকৃষ্ণ—ফরেদা হৌজিক্তা পুক্লিং অসি লৈতারি।

অর্জ্জুন—সখা, হৌজিক্তা নহাকপু নিঙশিঙলম্মী— অতুদা নহাক্নদি অন্তর্যামি নারায়ননিনা, মনাইগী পুক্লিং খঙলক্তুনা হেক লেঙবিরক্লিবনি।

শ্রীকৃষ্ণ—অতুদি নহাক খুদোংথিবা থোক্লবরা হায়বনি।

অর্জ্জুন—নারায়ন, নহাক্না খনববু অন্নাবা তারগদা, নহাকপু নিঙশিঙই অসিরা ? অন্না মুডাইবদা নথোঙ থম্বাল অসিতনা ঐগী ইরল ওইখ্রিরিবনি। সখা, ঙসিদি ওম্বোক্না মুডাইখ্রবা মুমিং অমনি। পাও কংলে— ঐহাক ইচা লৈতবা নত্রে— কল্লবা ইচা অমা হিংহুনা লৈরেনে।

শ্রীকৃষ্ণ—নহাক্নী নচাবু কদাইদা লৈরবা, সখা।

অর্জ্জুন—নিঙশিংঙম্বা য়াই— মমাংঙৈদা নঙোন্দা হায়থিবা, ঐগী যৌবনগী সন্ধি মতমদা চান্নথি হায়বা মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাগী ব্রা।

শ্রীকৃষ্ণ—অং, নিঙশিংলে— গন্ধর্ব বিবাহ তৌখি হায়বীত্ত নত্রা ?

অর্জ্জুন—মহাক্নী গর্ভদা পোকলে— বভ্রুবাহন হায়বা অমা— য়াম্না ফজে, পাথং ফারে— উবদা মিৎ ইংলে হায়। ঙসি মহাকপু বৃষকেতুনা উরক্লে, সখা।

শ্রীকৃষ্ণ—বৃষকেতুনা করম্না উরক্লিবা ?

অর্জ্জুন—ঐখোইগী যজ্ঞগী শগোল অদু, আদগী চীংশাং অসিদা অসুম চংলূরে হায়বরা,— অদুদা শগোল অদু বভ্রুবাহন্না ফারে।

শ্রীকৃষ্ণ—থাঙ্গৈমকশেংনা নহাক খণ্ডলবরা, বভ্রুবাহনবু নহাক্কী নচানি হায়বসে?

অর্জ্জুন—খণ্ডবত নত্তেনে— শোইদ্রবনিনে সখা, শোইদ্রবা—নারায়ন করিগীনো নহাকপু চিংননা উরিবসে?

শ্রীকৃষ্ণ—থাঙ্গৈমকশেংনা বভ্রুবাহন অসি নহাক্কী নচা ওইরবদি, য়াম্না খুদোং থিবা অমা ওইগদৌরি।

অর্জ্জুন—করিগী খুদোং থিগদৌরিবনো মরুপ?

শ্রীকৃষ্ণ—নহাক্কী নচানা কল্লি নাপল তৌতুনা শগোল অসি ফার-বনিনা, লান তৌদনদি কৈদৌউদসু থাদোকলকওই।

অর্জ্জুন—মচানবু মপাগা লান তৌবা হৌনবরা? ওইথোক্কবনি, ওইথোক্কবনি জনার্দ্দন! খণ্ডদতুনা শগোল ফারুবনি—থুনমক মহাক্কী মরাল খণ্ডবগা লোয়ননা শগোল পুতুনা লাক্লগনি। মচাগা মপাগা লান শোক্লবা করম্বা মতমদা ওইখ্রবগে?

শ্রীকৃষ্ণ—ভগবান রামচন্দ্র অদু মচা নিপা লবকুশগা লোইননা লান তৌখি। অদুগা লান অদুসু যজ্ঞগী শগোলগী-দমক্তনি।

অর্জ্জুন—লব কুশতি মখোইগী মপা কনানো খণ্ডদে, অদুগা রাম-চন্দ্রসু মখোইবু খণ্ডখিদে বন্দা থাদোক্লবী জানকীগী

মচানি হায়বা। অতুগা ডসিগী বভ্রুবাহনগী পাও অসি চিত্রাঙ্গদানা তাবগা—চোংলম চাদবা মচা অতুগা লোইননা, ঐডোন্দা ডাকপিবা নিরকখিগনি শোইদনা।

(সাত্যকি চঙলকপা)

শ্রীকৃষ্ণ—করি পাও, সাত্যকি ?

সাত্যকি—হে কেশব—করি অমুক হায়খিগদগে, যজ্ঞগী শগোল ফংদরে।

অর্জুন—সাত্যকি! নংনা লাল্লবননি—বভ্রুবাহন করিগী উনদে।

সাত্যকি—হে ফাল্গুনী—ইশামক মহাক্কা উন্নরবনি।

অর্জুন—করিগী মডোন্দা হায়দে শগোল ডাকুনা ঐ লাকই হায়ব।

সাত্যকি—মতুস্তু হায়জরিবনিনে ফাল্গুনী!

অর্জুন—মড়্দস্তু শগোল পীরকত্রবা ?

সাত্যকি—হে গাণ্ডীবী, লৈপাক কয়াদা মহারথি কয়াগস্তু লান থেংনরে অতুবু অস্তুক ইকাইবদি কৈদৌডৈদস্তু থোকখিদ্রি। করি লৈতবা মণিপুর—অসভ্য অপডবা প্রজা থরগী নিংথৌ ওইরগা—করি লৈত্রবা অডাং মহাক্কা ঐহাকপু অস্তুক থীনা ইকাইবা পীরকপা—করি হায়না তমগদগে—থল্লবদা থম্মোই অসি চাকলে। অডাং অতুগী ফজবা শক্তম অতু উরুবদা থম্মোই অসিদা মুংশিবা পোকপুরে, মতু খঙহন্দুনা মডোন্দা তাকপীরে—লানগী আশা তোকউ হায়হনা, অতুবু মঙক হায়গংলবা তোল্লবা অপডবা অতুনা অশাবা য়াহৈনা নডোন্দা চৈরকলে—মাগী করেম্নবা য়াহৈশিং

ভচু হৌজিক ফাওবা ভারি ইনাসিনা। অহুতা নত্রি— ঐখোইগী শেংলবা কোম্পাক্তা ইরিবা জয় পত্র অহু মচেৎ মচেৎ শেত্তত্না ঐগী মাডদা মখোভনা নৈহংলি।

শ্রীকৃষ্ণ—অপডবা অডাংনিনা খড়দত্না তৌবনি নত্রা, ফাল্গুনী?

সাত্যকি—হে কেশব, কনাবুনো অপডবা অডাং হায়রিবা অদো? নহাক্তী ননাকোংমক্তা তারম্নবদি—মহাক্তী য়াডাংশিং অদো, অশাউবা করি অমত ফাবা ভমলম্মোইদ্ববনি।

শ্রীকৃষ্ণ—চংসো খুড়াতেন, করি তৌসিগে তুংদা তায়সি।

সাত্যকি—করি থরকম লৈরিবগেনে, কেশব? ঐখোইবু উশিত্ত-তুনা বক্রবাহন শংগোল ফাবনি। হৌজিকমক লাম্নীশিংদা য়াথং পীনরে—মণিপুর কোন্নুং অসি খোভপাক্তা কাওত্না উকুল ওইহনসি।

শ্রীকৃষ্ণ—করে, চংলো অহুদি দাদায়াইমা কৌরুরো।

(সাত্যকি চংখিবা)

হৌজিক্তা খডলি বক্রবাহন অসি নহাক্তী নচানি, ইতাও—নংগী নচা নত্রবদবু—চীংদা লৈবা গন্ধর্ব লৈপাক্তা পোক-পনা অসিগুম্বা মখোনা—অশুক থৌবা অমদি মরিংজেল কদাইদগী ওইগদগে? অভিমন্যু শিখিবগী য়াক্তবা কাউদ্রো ইতাও, হরাও কুম্মে তৌরো—নচা অমা শিগ্রবস্থ মহাক্তুবা অথৌবা নচা অমা হিংলিদনা।

অর্জ্জুন—অহুবু অডকপনি সখা—অপডবা অডাং অহুনা খডনা তানা মপাগা লান তৌনি হোৎনরিবহুবো।

শ্রীকৃষ্ণ—করিগী লাংত্তকনরুরিবনো অর্জ্জুন ! নহাক্কী নচানা অথৌ-বগী অমদি ক্ষেত্রি মচাগী মতিকচাবা মথৌ তৌরবনি। নহাক্কী নমিংতা তাবদা বভ্রুবাহন্না শগোল অসি থাদোক্লম্নব, অতু ওইরবদি খণ্ডলমগদবনি—চিত্রাঙ্গদানা লান্নতুনা পোক-পনি বভ্রুবাহনসে।

অর্জ্জুন—পুম্নমক খণ্ডলে, মরুপ। হৌজিকপু করি তৌগদগে ?

শ্রীকৃষ্ণ—ঐনা ঙসাইমথৈ থম্লিবসি মাতুতনি। তানা খণ্ডনা নচাগী মশাদা করম্না খুৎলাই থাগনি—নচানা ফনা লান্দুনম্ম মাগী ইন্না শান্নবা, করম্বা মত্তমদা করম্বা মপানা ঙম্বা হৌনবগে।

অর্জ্জুন—হে কেশব! খুদোংথীব লিশিংলকম্ম নংথরে ঐগী পুন্সিদা, অতুবু অস্নুক খুদোংথীবদি কৈদৌঙদম্ম থোকথিদ্রি। অন্নাবদগী কনবিরকপদি নহাক্কননি নারায়ন, হন্দক্কী অন্নাবা অসিম্ম নহাক্কা অমুক্কং থনবিতুনা লানবিয়ু।

শ্রীকৃষ্ণ—বভ্রুবাহনগী মশাগী ন্নাথলনদি শগোল অসি পীরক্লোই থম্লি—নহাক্কী নচানিন মঙক নোনবা জাং নত্তেনে—ঐখোই অনি লোম্না চংলসি চিত্রাঙ্গদাগী মনাক্তা— মহাক্কা তান্নতুনা য়েংথিসি লান তৌদনা শগোল ফংনবা উপাই অমতং।

( বৃষকেতু চঙলকপা )

বৃষকেতু—খুড়াইবুঙো, মুঙাইবা পাও অমা তাবিয়ু— লানশংগী থোঙদা শগোল পুরক্কুনা বভ্রুবাহন থুংডরে। খুড়া ইবুংঙোগী চরণ দর্শন নীজরি।

অর্জ্জুন—বভ্রুবাহন থুংঙরে—চংঙ্গো বৃষকেতু—থুনা মহাকপু পুত্না অসিদা লাকউ। (বৃষকেতু চংখিব) হে কেশব, ঐগী ইচাদো থোঙ য়োরক্লে— ঐগী থম্মোইসে তপথবা কৌবা য়াদ্রে—লেংঙসি, ইশামক্না মহাকপু ওকল্লুরগে।

শ্রীকৃষ্ণ—লেপখো অর্জ্জুন! কনানো নহাক্না নচানি হায়রিবদো— ক্ষেত্রিয়স্মু নত্তবা মফম থঙদবা অঙাং অত্নুবো—নাপল তৌত্নুনা যজ্ঞগী শগোল ফারগা, মথল্লাই শিগনি কিরত্নুনা অমুক কৎপা লাক্লবা অত্নবু নচানি হায়ত্নুনা অমুকস্মু কোঙ্গ- নিংবা শারিবা। ক্ষেত্রিয় মচানবু কৈদৌঙৈদা অস্মুক তোনবা লমচৎ চৎখ্রবগে? ক্ষেত্রিয়গী নাপলনা হায়গৎলবা কোকপু অতোপ্পা মীগী মখোঙদা করি অমতা থম্মবা লৈতনা নোম্থবা ঙম্বা—ক্ষেত্রিয় শাগৈগী ইকাই খুম্নরবা নহাক্না, মহাক্না করম্না মরি লৈগদবনো— ওইথোক্কবনি, অর্জ্জুন।

অর্জ্জুন—হে কেশব। অপঙবা অঙাংনিনা হাম্নদি থঙউদত্নুনা অস্মুক শাথিবা মরাল অসি লউজক্ললিরবনি—মতুংদা মহাক্না লাল্লুবা পূম্নমক অসি থঙলক্লত্নুনা ইনাক্তা হায়জবা চেঞ্জরক্লিবনি। নারায়ণ—মপাগী থম্মোইন্নুংদা ঙাকপিবগী শেংলবা লূরবা মন্দাকিনীগী ঈচেল অত্নু চেনখিদবা থোকলবদি—নোক্লা নোক্লা মহাকপু কোনবা ঙমদ্রবদি—মিৎকুপ অসিমদা সৃষ্টি অসি মাঙখ্রগনি—মী, হিংচাবা খেম্নররোই।

শ্রীকৃষ্ণ—হে ফাল্গুনী ! অচুম্বা বিচার মতমদা— ধর্ম্মগী বিচার তৌবদা মপা মচা থেম্মদে। বিচারগী আসন্দা ফম্মবা মতমদদি মপা মচা থেম্মবা চুমদে— পাণ্ডব পূম্বগী প্রতিনিধিনি নহাক্কি— পাণ্ডবকী মিংচৎ ইকাই খুম্মবা, লৈপাক্কা থৎদবা পূম্মক অদো নথক্কা তারিবনি। বভ্রুবাহননা সাত্যকিবু য়াম্না ইকাইবা পীরে— মসিবু মহাক্কগী ওইরগদ্রা ? শগোল মরাইবক্কগী জয় পত্র থদত্তুনা— অতোনবা অহুনা মথোঙনা নোইহংপা— পাণ্ডবকী মিংচৎকী কোকথক্কা মথোঙনা নেংলবা মুপা অহুবু— নহাক্কা য়াথংদ করি অমতা তৌদনা নথাদা কোম্নিংলিবা।

অর্জ্জুন—হে কেশব ! ঐহাক মহাক্কী মপানিনে— ঐগী ইথাদা নত্তনা কদাইদগী মহাক্কা চঙজগদবা ?

শ্রীকৃষ্ণ—নত্তে নত্তে পার্থ — মহু ওইথোক্কবনি— ফত্তবা অপোম্বগুম ফত্তবা মচাদি মাঙহনবনা চুম্মী— শাগৈগী গৌরব নহাক্কা ঙাক্কদবনি।

অর্জ্জুন—হে মাধব ! নহাক্কী নয়াথংতনা মহাকাল ওইহুনা, মৌ লক্ষা লক্ষাবু লুখ্রাশীংদা চলহনখি,— মচা লৈত্রবী ওইহনখি,— মথোইগী তেংথা থোঙ্গেন্দু ভূম্বা হিপ্পা চাবদা ভাহুনতা মরৈরে,— নহাক্কী নয়াথংনা— ধর্ম্মনা থবাই ওইজবা ভীষ্মদেববু ইখুৎমক্কা লৌনম তৌহুনা হাংখিবা— মচা কায়নবা মৈনা চাক্কবা খুৎলাই য়াওত্রবা গুরু দ্রোনবু ক্ষেত্রি ঐনা হাংখ্রবনি— জগৎকী অথোইবা দাতা ইয়াম্বা

দানবীর কর্ণবু, দোলাই য়াওব্রবা মতমদা নয়াথংনা হাৎখ্রবনি —পূম্নমক্না তুকচনরবা হিংচা য়াইতম্বগী থবক পূম্নমক নহাক্কী পুক্কিং মতুংইন্না লোইনা পাংথোকচখ্রবনি— হে নারায়ন হন্দকমুক্তি মুক্তি পীনরো— মী হাৎপগী থবক অসিদগী ঐহাকপু মুক্তি পীনবিরো।

শ্রীকৃষ্ণ—হে অর্জ্জুন, কননা মপানো, ময়াম্বনা কনানো, কনানা গুরুনো—লেপ্তুবা জগৎ অসিদ, পূম্নমক অসি লৌনম্বগী লাং ডাক্কি কাউরবরা নহাক—শোল্লবা থম্মোই অত্থুগা লোয়নবা, অস্থুক লুরবা দেব কার্য্য অসিদা করিগী চংডুরি।

অর্জ্জুন—অরানবনি, লাল্লবনি নারায়ন— ঐহাক য়াম্না লাল্লে। হান্না ঐহাক থউডমদে— দেব কার্য্য অরুবা থবক পাওথোকপদি, মী হাৎপগী থম্মোই নত্তুনা য়াদে— হৌজিক্কা মতু থউজরি। মরম অতুনা ঐগী থম্মোইনা লাউরক্লি— মসিদগী লাম্নবা।

শ্রীকৃষ্ণ—মসিদগী লাম্নবা—থম্মোই শোল্লব অর্জ্জুন! করিগী নহাক্না ধর্ম্মরাজগী নাক্তা থব্রাইনা পোম্বা ওইতুনা শগোল ডাক্কনি য়ারুরি।

অর্জ্জুন—য়ারুরে ইবুংঙো, মতু ঐহাক্কী ইরালনি— ডাকপিরো— করম্বা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি—ইথুংমক্না থম্মোই অসি শেগায়বা তারবস্থু তাকপিরো,— নমাওদা থম্মোই অসি শেগায়জরগে।

শ্রীকৃষ্ণ—অতুনদি অশ্বমেধ মহাযজ্ঞ অসি লোইদনা থম্বা জারি?

অর্জ্জুন—অতোপ্পা কনাদনো ঐগী থবক অসি পুহনবিরো দেব।

শ্রীকৃষ্ণ—অতোপ্পা অমনা পাণ্ডথোকপা ভমগবা লৈরবদি, অস্নুক স্নাম্না নণ্ডোন্দা নোঙ্গখিগদ্রা? ধনঞ্জয়, হৌজিকস্নু অমুক্তা খন্দুনা য়েংখো, অরেম্বা সংসারগী লাংদা থুহনা, মকত্রবা শাগৈগী সন্মানবু লুরবা সমত্রুদা হুম্মখিগম্নু

অর্জ্জুন—মিংচৎ ইকাই থুম্নবা শাগৈগী সন্মান পুম্নমক মাঙজখিসম্নু, ঐনা ফনা অর্জ্জুন ওইহনস্নু ইচা হাংপদি ভম্মরোই দেব।

শ্রীকৃষ্ণ—ফরে অর্জ্জুন! থল্লম্বনি পুন্সি অসিদা মসিমতদি মহায়দোকলরোই অহুবু য়াদ্রে—ঐগী হায়হনা লৈজরিবা হিয়াম্বা পোকমিম্নবা বলরাম মক্তগীস্নু নহাকপুনা মুংশিজে—লুনা তৌজবনি, মখুগী খুদমদি সুভদ্র হরনগী মতমদা খণ্ডনখ্রবনি— মরুপস্নু নহাক্তি, ইচিল ইনাওস্নু নহাক্তি— ঐগী থবাইদগীস্নু হেনবনি নহাক্তি— অরানবা ব্রাথলদগী নত্তবা লম্বীদা নহাক্তা চংথিবা থোব্রবদি নহাক্তা মুংশিত্রবস্নু ঐহাক্তা মুংশিজরিবনিনা ঐদি মহু থাণ্ডবা ভমজদে—থডই ঐনা মসি হায়দোক্লগা নহাক্তী থম্মোই অহু কায়খিবা য়াই, অহুবু য়াদহনা হায়রবনি, বা অসি তাও ধনঞ্জয়— বভ্রুবাহন অসে নহাক্তী নচা নত্তে।

অর্জ্জুন—করি হায়বা জনার্দ্দন — চিত্রাঙ্গদনা পোকপা নত্রবা বভ্রুবাহনবো?

শ্রীকৃষ্ণ—চুমই মহাক্তা পোকপনি অহুবু ঐনা তাবদি ইতাও, চিত্রাঙ্গদাসে অশেংবা সতী নত্তেনে।

অর্জ্জুন — নারায়ন ! নারায়ন ! তোকপিরো—তোকপিরো— তমথি-রবা মীহাৎপগী মতৌগুম, ঐগী থম্মোইদা অসোল বজ্র অতুনা থারগনু। থাঙ্গৈশেংনা চুম্বমক ওইরবনু, তাকপিনু তারিবা পুম্নমক অরানবা ডাক্তনি।

শ্রীকৃষ্ণ — হে অর্জ্জুন হৈন্থন অমুক্ত থম্মখো— নরশ্রেষ্ঠ রামচন্দ্রনা মীনা ডাংনবগীদমক্তা মশাগী থম্মোই লৌথোক্তুনা পুন্থ শ্লোকা গর্ভবতী দেবী জানকীবু থাপ্লবা উমংদা থাদোকখি। মীনা ডাংনবা হায়বসি, মরুপ, অরায়বা নত্তে। থডনা তানা, মকত্রবা পাণ্ডু শাগৈবু— থাজগুম লংলবা শাগৈ অসিবু মকহনবা ওম্মোই ঐহাক। থল্লম্বনি ইকাইদবদো মসিদা লাক্লরোই। অতুবু পুম্নমক ওন্নখ্রে। শগোল পীররে, লৌহৌবা য়াই, অতুগা লাম্নতুনা পোকপা তুক্ত-চরবা মহাক্লা নডোন্দা মপানি হায়জিল্লরবদি খোঙপাক্লা কাওতুনা তৌডমবগী মহৈ কংহল্লু। আদা লাক্লে বজ্র-বাহন অসে— থম্মোই শোন্থগনু, থম্মোই কল্লবা নিপানি নহাক— নিয়তিগুম তমথিগদবনি— ঐনা হায়বতু কাউ-গনু। নত্রবদি থওজো, অর্জ্জুনগী মরুপ কৃষ্ণ নত্রবনি।

(কৃষ্ণ থোকখিবা)

(অর্জ্জুন জ্ঞান মাঙলুবদগী কমথথরে— ইরা বভ্রু চঙলকপা)

ইরা— য়েংঙোসে নহাকপু পোকপা— পৃথিবী বিজয়ী গাণ্ডিবা পায়বা অর্জ্জুন হায়বদো অসিনি। চৎলো করিগী ইকাই-রিবনো— তায় মপাগী থম্মোইদদি মচাবু ডাকপিবদি

মতম কুইনা তুঙশিল্লবনি। মখোড অনিসি পায়তুনা হায়-জরু— খঙদত্নুনা লাঙ্গ রুবনি মতুস্তু খংহল্লু—নহাক্কী নরাল পূর্ণমক কোকপিত্নুনা য়াম্না হরাওনা নহাকপু শোয়দনা কোনবিগনি।

বভ্রু— ইরা, ইপানদি কদায়— ঐবুদি কৌবস্তু কৌবিদে।

ইরা— ওম্বোক্লা পঙখরে হায়বা— করম্না মী অসিনা নহাকপু মচানি হায়বা খঙগদগে ? চৎলো, মখোড ময়াদা ফমতুনা নহাক্কী পরিচয় তাকউচো— মচানি খঙলগ নহাকপু কোনবিগনি— চংভো হায়বা

বভ্রু— অমুক্রা দেব, মিৎ পাঙথোক্কুনা য়েংবিয়, খুয়াখাদা তোল্লবা ননাই ঐহাক লৈজরি।

অর্জুন—নারায়ন, নারায়ন— পাঙ্গল পীনবিয়ু ঐগী থম্মোই অসিদা। (বভ্রুদা) কনানো নহাক ? করি অসিদগী পাম্মি ?

বভ্রু— ঐহাক্কি দেব বভ্রুবাহন হায়বদো। শ্রীচরণ পুজা তৌজগে লাকচরিবনি।

অর্জুন—অস্নুক ফজবা ভক্তি অসিদি ৎসাইমখৈ কদায়দা লোক্নুনা থম্মুই ? যজ্ঞগী শগোল ফারুবা নহাক নত্রা ?

বভ্রু— হায়দি দেব, খঙজরুদ্রে নহাক্কী থাঙ্গৈশেংবা পরিচয়, মরম অত্নুনা খঙজদত্নুনা খুয়াথাদা লঙজরুবনি।

অর্জুন—হৌজিক্লা নথরাই কনবিনবা, কিয়ত্নুনা শগোল পুরত্নুনা ল্যাকলবা ?

বভ্রু— দেব, পোক্লগা শিবা শোয়ত্রবনি, মতুগীদমক্তদি ননাই ঐহাকস্তু লাম্মিনি পোকপা শিবা চপমান্নুনা খনজবা।

নচ্চদে দেব থরাই ছিঙনবগীদমক্তা মসিদা লাকচবা, পোক-ঙৈদগী নখোঙ থম্বাল অদো অমুক্তা উজনিংই, মতম কুইনা আশা তৌজরকপা অদু থুংনবগীদমক্তা মক্ম অসিদা লাকচবনি।

অর্জুন—অস্তুক য়াম্না লৌনম্বা অস্তুক তৌঙমদবা য়াঙাংশিং অসিদি কদাইদগী তম্মুই গন্ধর্ব পাখং ?

বভ্রু— মরম খঙবিদনা ঐবু লাম্না লৌবিগনু। তাবিয়ু দেব, তীর্থ লেঙবিরকপা মতমদা গন্ধর্ব নিংথৌগী মচানুপী দেবী চিত্রাঙ্গদাগা লোয়নহুনা নুহোংবিথি তাজৈ—হায়রিবী দেব অসিগী গর্ভদা নহাক্কী ঔরসতগী ঐহাকপু পোকপিরম্বনি।

অর্জুন—হৌজিক্তা খঙলি করিগী লাক্লিবনো হায়বদো ? হৌজিক্তা খঙলি নহাক্কী পুক্লিং, ইকায়দবা তোক্লবা অপঙবা; কনা-দনো নহাক্না অপোকপা হায়ব্রিবা, কনানো নহাক্কী নপা ?

বভ্রু— শাউবিখিগনু দেব, পঙলবা নচাগী ইরাল ঙাকপিয়ু নহাক্না। তাজৈ মপানা মচাবু চানবিবদি বিধাতাগী মকত্রবা আশীর্বাদনি। মপাগী খুয়াথাগী ইংলবা মরুমদি শেংলব তীর্থ মক্মনি, ঙসিদি মপোক অসিগীদমক নিংজরকপা পূম্বা পুজরক্কুনা থৌজাল অদু খিবা লাকচবনি। নখোঙ শোক্কুনা অচুম্বা অতুতা হায়জরিবনি। নহাক্তি দেব, মতম কুইনা পুজা তৌজগদবা ঐবু পোকপিবা ইপানি।

অর্জুন—ঐহাকসু তারে নহাক্না পোকপগী য়া— ইকাই খঙদবা —কম্না তৌবা ঙমখ্রবা— ঐঙোন্দা মপানি হায়বা শারি।

ইরা— চোকশিল্লু ধনঞ্জয়— খঙলবরা কনাদনো নহাক্লা তোল্লবা রাহৈ অস্ত্র শিজিন্নরিবা ?

অর্জুন—খঙবা য়ারোইদরা মুপী মচা, নহাকপু কনানো ?

ইরা— হে অর্জুন নঙোন্দা ঐগী পরিচয় পীগে লাক্লম্বনি— লাক্লম্বনি নঙোন্দগী আশীর্ব্বাদ লোগে হায়না। অদুবু নচিন্দগী তোল্লবা শারবা রাহৈশিং অসি তাবদগী, ইকাই হঙ্গোইবনা থরাই হকচাং পূম্বা নিকথরে। হৌজিক্তি থল্লক্রে অসি-গুম্বা অরাবা অসিবু করিন্নুংগী পুন্সি অসিদা থোকহল্লু-রবনো। করিগীনো লম্বী অসি লাকপদা কোক অসিদা বজ্র তাজুনা শিন্দ্রিবা !

অর্জুন—হায়বা য়ারোইদরা ইবেম্মা করিগী ঐবু শাউরিবনো ? ঐনা নঙোন্দা লানথিবা য়াওখ্রবরা ?

ইরা— ময়াই কারবা তোল্লবা ক্ষেত্রি ! করি মরাললো নহাক্লী, হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি ? খঙ্গবা শারি নপুক্লিংদা নোং-মদোনথকসিদা দেবতা পূম্নমক তূমখুন হুনথরে। মুমিৎ, থা, গ্রহ, থরানমিচাক পূম্নমক লৈখিদরে থল্লি। মহা-পাপী লমচৎ নাইদবা। নচাবু— পোকপগী মারম থিজুনা করেমনবা শারি !

অর্জুন—ওঃ ওঃ কনাবুনো নহাক্লা ইচানি হায়রিবা, মুপীমচা ? সুভদ্রানা পোকপা অভিমৈন্যু কোবা ইচা অমা লৈরম্মী ; দ্রোন দ্রৌনী, কর্ণনচিংবা রথী তরেৎকা লোয়ননা, নোংশা মাচাগুম লান তৌরম্লগা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদগী স্বর্গ তান্না

খোঙপানখ্রে। ইচা অদুদি শাগৈগী থাওমৈ ওইখিবনি। অদুগা কা পুরুষ অসিদি নাপল তৌদুনা শগোল ফাক্লগা— মতুংদা কিরন্থনা ঐগী ইচানি হায়রিবনি। ঐগী ওইরবদি— লায়না মথরাই থাদোক্লমগদবনি লানফমদা, মসিদা শগোল পুদুনা কৈদৌডৈদস্থ লাক্লম্মোই।

ইরা— থওলে নহাক শিগদবা নকলে নত্রবদি নচাগী ভক্তিগী অর্য্যাদা থৌওইদনা নখোঙনা কাওখোকপা নতিক নত্তে। ফরে, হয়েং অয়ুক নোংডানবগা লোয়ননা নহাক্কী লান পাম্বদো— থুংহনগনি মণিপুর নিংথৌনা। বভ্রু! বভ্রু! হৌগৎলো, মিৎকুপ অমা ফাওবা লৈহল্লোই নরক্কী মফম অসিদা।

বভ্রু— মসিনি ইপা— মসিনি মপাগী মুংশিবা, মসিগীদমক্তা মীওইবনা ভিক্ষারী ওইনরি। করিদগী ইমানা তাকপীরকপনো মপাগী মখোঙ অনিদি মীওইবগী শেংলবা স্বর্গ ধামনি। নত্তে নত্তে ঐহাক চৎলোই মফম অসিদগী। ইমাগী য়াথংনি ঐডোন্দা চংলকপা অরানবা পূন্নমক—তমথিবা মীচৈ পূন্নমক ঐগী ইথক্তা তাসনু, অদুদস্থ ইপাবু থাদোক্লোই; ইপাইবুংডো, ইপাইবুংডো পোকডৈদগী চরণ সেবা ফংজত্রি, অমুক্তদি— পুন্সিগী সাইনিং অসি অমুক্তা থুংহনবিয়ু। (মখোঙ পায়বা) কাওবিয়ু কাওবিয়ু খোঙপাক্লা অমুক্তা কাওবিয়ু কাওবিদুনস্থ শ্রীচরন্দি থাদোকচরোই।

অর্জুন—থাদোকউ, থাদোকউ খোঙ থাদোকউ। ওক্তবীগী মচা মপা থওদবা অডাং— (খোঙপাক্লা কাওবা)

বভ্রু— ইমা, ইমা ইবেম্মা—

ইরা— মপা খঙদবা মচা ! ওক্তবীগী মচা !(অপঙবী অর্জ্জুন—)
কনাদনো নহাক্না মপা খঙদবা মচা হায়রিবদো— কুন্তিগী মচানস্তু ওক্তবীগী মচা হায়জবা শারি ! বভ্রু! বভ্রু ইমাবু চৈরিবা অপঙবা অসিগী মথোঙদা হৌজিক ফাওবা তুহুনা লৈরি। হৌগৎলো নপি তৈথোক্লো— মিৎ অনি অহুদগী মৈগী নোং চুথহন্দুনা উৎ ওইহল্লো— ভোল্লবা অসিবু মাঙহল্লো।

বভ্রু— অচুম্বনি, অচুম্বনি ইরা—কনান ঐগী ইপা—পিতৃভক্তি কনাদ উৎকদৌরিবনো! দেবীগী মশক ওইরবী ঐগী ইমাদা ওক্তবী হায়রবা মহাক অদো ভগবান মশামক ওইরম-হুনস্তু ঐনা কৈদৌঙৈদস্তু ডাকপিরোই। তাজো, তাজো মরোল অহুম ঙম্লবা পার্থ অথোইবা! ইমাবু—ঐবু পোকপী ইমাবু ওক্তবী হায়খিবা নরৈ অদো হয়েংগী লান্দা খুজিল অসিনা থদত্তুনা খোঙপাক অসিনা নোইহৎকে। মহু ঙম-দ্রবদি ওক্তবীগী মচানি ঐহাক, সত্তী নত্রে ঐগী ইমা চিত্রাঙ্গদা অসে।

( বভ্রু ইরা থোকখিবা )

( অর্জ্জুন অঙাওবগুম কোইৎচ চৎলি। অমুক আসন্দা কস্মি, হৌগত্তুনা অমুক বভ্রু চৎখিবা মাইকৈদা চৎকে ভৌবা— মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণ চঙলকই। )

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জুন! অর্জ্জুন!

অর্জ্জুন—নারায়ন, নারায়ন ময়েক অমত্তা চিংখদনা নহাক্কী নয়াখং ঙাকচরগে। মংঙোন্দা হায়খরে ওক্তবীগী মচা লায়ত্বুনা পোকপা, ইশানা। ইপা হায়ত্বুনা খোঙ পায়ত্বুনা হায়জরৈ, নোক্না নোক্না মঙোন্দা খোঙপাক্না কাওখরে। মমিংকী পিনা খোঙ অনি চোংহনখি, কপ্না কপ্না হনখরে অঙাং অদো। হায়রো হায়রো জনার্দ্দন, করি করি য়াংলি হায়রো ?

শ্রীকৃষ্ণ—করিগী লাঙতক্করি অর্জ্জুন ? অখৌবগী মশিননি, ক্ষেত্রিয় মচাগী মতিক চারবা মখৌনি।

অর্জ্জুন—ক্ষেত্রিয়গী মতিক চারবা মখৌ— সতি ওইবী মুপীবু ইকাইবা পীবা, মমাগী অকায়বা লমচংপু মচাদা পীবনা ক্ষেত্রিগী মখৌ ওইরবদি খুদক অসিমক্তদা ক্ষেত্রি ধর্ম্ম থাদোক্লগে, চণ্ডাল হায়বত্বু ওইখ্রগে। (মুক্তা পরেং থদংপা)

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জুন! অর্জ্জুন! ঙাওরবরা নহাক ? কদাইদনো চংলিবা লানশং থাদোক্তুনা ?

অর্জ্জুন—নারায়ন! নারায়ন! অঙাং অত্থুগী পিনা চোংলবা মায়খোং অত্থু পুক্লিং অসিদা য়েক্তুনা লৈহৌরে; ঈথক হৌরবা সমক্রুদা তাউবা কোঙ্গোলগুম, মিৎস্না অনি অত্থুদগী তারকপা মপি অত্থুনা ঐগী থম্মোয় অসে নোইহৎপা লাক্লে। ওক্তবীগী মচা ওইরবস্থু অমুক্তদি— অমুক্তদি ইথাসিদা কোক্লগে। থাদোকউ, নখোঙ পায়ত্বুনা হায়জরি, অমুক্তদি থাদোকপীয়ু।

(লাইট)

## মরিশুবা মতাং

### অহানবা উৎপা

( মণিপুর কোম্মুং শঙ্গায় মাঙ্গোল, হয়াও কুম্মৈদা তাউরবা পীশিং )

### ঈশৈ

থম্মোই অতিয়াদা মঙগুম থোকলম্বা
থাজ নংবু কনানো ॥
করি মন্ত্রনা শুমহৎপিরম্বনো মুজাগী
পুক্নিংসে নহাক্ন ॥
মপোক কয়া নিংজবনা ঙসিদি উরে
আশাগী মঙাল ॥
মতম কুইনগী অরাব মিৎকুপ্তো কোক্লে
ঙসি থঙহৌদনা ॥
মাইকৈ খুদিং তারি শকথংদবা
কনাগী থোম্থাং ॥
যুগ কয়াগী কায়নবা লোইত্নুনা
ঙসিদি উরে আশাগী লম্বী ॥

( বাসন্তিকা চঙলকপা )

বাসন্তিকা—ইতা পুরনারী! পূর্ণময়ক মঙ্গলগী ঈশৈ শক্লরে, মায়কৈ মরিদা মঙ্গলগী শঙ্খ খোংনরে, করিগীনো ঙসিগী কুম্মৈসে ?

অহানবী—করিমত, তাদ্রিবরা নহাক্কি ?

বাসন্তিকা—তাদ্রি।

অহানবী—ঐসি ঐখোইগী কোম্মুং অসিদা ধনঞ্জয় লাকলি ; নহাক ওক্লবগীদমক লাউডিবনি ময়ামসে।

বাসন্তিকা—করিগী লাক্কদৌরিবা ইতা ?

অনিশুবী—পাউ অমতা তাদ্রিবরা ? অর্জ্জুনসে বক্রুগী মপানি হায়না হায়।

বাসন্তিকা—অচুম্বরা— অচুম্বরনে ইতা ?

অনিশুবী—মানি ইতা অচুম্বনি। বক্রু পাণ্ডব লানশংদা চৎখরে, অর্জ্জুন লৌরুনবা। ফরে ইতা, নহাক মমাংদৈদা অর্জ্জুনসি উখ্রবরা ?

বাসন্তিকা—উদ্রিবো।

অহুমশুবী—করম তৌই ইতা— করম তৌই হায়বা ?

বাসন্তিকা—উস্নু উদ্রিবা অদুবু করম্না হায়গদগে।

অহানবী—শাদুনা হায়য়ুদনা।

বাসন্তিকা—চুম্মে, শাদুনা হায়বা নত্তনা উপাই লৈত্রে। বদি, অর্জ্জুন হায়বসি য়েংবদা কয়া ফজ

অহানবী—হুম লাল্লে, অদুম তৌদে।

বাসন্তিকা—ধনঞ্জয়না য়াম্না মুবদি শুকশোয় শে মবুক অস্নুক য়াম্না করিগী মুগ

অহানবী—মদু করম্না খঙলিবা ?

।)
লোই-
না। মতম
কংগী অরোনবা
। পুনা নিকলথি—
কয়ানি— চহি মশিং
স সিমদা হৌখরে, অদুবু
হনা মুমিৎ খুদিংমক, তাবগুম
ল য়াম্না তপ্প মশাল মফম

বাসন্তিকা—মপুক্লিং মুত্রবদি করিগী অস্থুম্না থম্মোয় য়াওরোইদগে ? লাইরেনবীগুম্নবী ধর্ম্ম পত্নীবু থাদোক্লুনা, অস্থুক য়াম্না কুইনা লৈথোকপা ওমদগে, বক্রগুম্বা মচা মুপা অমগী-দমক্তা মপুক্লিং ইরাং হৌত্রবা মহাকপু পুক্লিং মুরোইদবা ?

অহানবী—অত্থদগীদি—

বাসন্তিকা—অত্থগা য়াম্না শাথিনা নোয়, অত্থনা মবুদ্ধিস্থু নোয়রিবনি, অত্থনা মতম কুইনা লান শোরক্কনা মতম লেপ্লিবনি। ইরা কদাই চংখ্রে ?

অহানবী—ইরাস্থ বক্রগা চংখরে।

বাসন্তিকা—মিংকুপ অমতং উনদবদা মথরাই অসি পাইথোকখিদোরি, মরম অত্থনা পাণ্ডবকী লানশংদা চংপা ফাওবা লোয়নখ্রিবনি। ইমাই পেম্মা, লুহোংত্রিবৈদা অস্থুক মুংশিরবদি লুহোংওগদি করম থোকনি খওত্রবা হায়বত্থনি।

নবী—য়াম্না কুইরে মখোইনা চংখিবদি, অত্থবু করিননো হৌজিক ফাওবা হন্নক্তিবা অসিবো, অত্থনদি ইতা মখোই মনিদা করিগুম্বা ফত্তবা থোক্লবরা হায়বনি।

খানা মপাগী মনাক্তা চংপদা, মকম অত্থদবু অমঙ্গল করিগুম্বা পৃথিবীগী মকম অমতদা মঙ্গল

বাসন্তিকা—ইতা পুরনারী-গী মীপুম খুদিংক মায়বদি নত্তে, অর্জ্জুন মন্নিদা মঙ্গলগী শঙ্খ-মনা অশাবা য়াহৈ হায়রবস্থ য়াই।

বাসন্তি—অহুনা ওইরে ইরাস্থ মশা ডাকপা ওইনা লোয়ননা চৎখ্রি-
বদি ; থঙলেদনা। পঙবনিনা মহাক্তি য়াম্না থঙবা ঙমদে।
ইভা নহাক্কী ইরাদা তাকপিয়ু—

## ঈশৈ

ফিজিন! চেৎনা পুন্দুনা থমজৌ হায়ৰু লোম্না।
মিৎয়েং কারন লানখ্রগা হিংবা ঙমদবা মহাক্তি
থমজৌ হায়য়ু পুন্দুনা উরীগুম পাস্থোম্না॥
মায়য়োক্নুা ফমহুনা মিৎস্না মরি চা-নহুনা
তূমনিংলবস্থ মতম্বাক্তা থমজৌ হায়য়ু কোক্তা
মঙলান্দস্থ উজদবঃ নিংথীজবা চেংলৌদো॥

মহানবী—তোকখো নহাক্কী রাতাদো, কুম্মিহুম য়েংচুসি।
( অনিমক চৎখিবা ) ( চিত্রাঙ্গদা চঙলকপা )

চিত্রা—কোরৌ মৈশা লৈশিল্লক্রে, ডাংড্রানবা মায়থোংগ লোই-
ননা, অস্তাচলদা থুংখরে নোংমদোন কোরৌহনবনা। মতম
অসিমক্তদা নোংমা যনগারকপা মতমদা পুক্লিংগী অরোনবা
থোঙজিন্দা, ঐগী নিংজবা দেবতাদেঃ তপ্না পুনা নিকলথি—
ঐবু ইথং-থংহনথি। মুমিৎশিংবুম কয়ানি—চহি মশিং
থঙদনা—যুগ কয়া কয়াস্থ পুন্সি সিমদা হৌখরে, অহুবু
সন্ধ্যা য়াচংবগা লোইননা থাইনা মুমিৎ থুদিংমক, তাবগুম
তৌই নহাক্কী থোঙথাংখোল য়াম্না তপ্ন মঃরাল মফম

খওদনা, অহুবু অর্থদি তশেংলি। পুকচেল কল্লবা দেবতাও! নহাক্কী মুংশি খওদ্রবা থোম্বাংনা অমুক্তদি তাকপিরমখো অস্থুক কুইবা ওইরক্লিবসে, মওলান ঙাকনি, নমঙ ঙাক্লি হায়রখো। ( বাসন্তিকা চওলকপা )

বাসন্তি—ইমা ইমা, বভ্রু লাক্লে, হৌজিক্তা দোলাইদগী কুমথহৌরি।

চিত্রা— কনা কনা লোইনরকপা উয়কই?

বাসন্তি—মী য়ামথরে লোইনরকপদি, ঐদি মা হেক উবগা চেনশিল্লকপনি।

চিত্রা— (বাসন্তিকা ইচাদি মরম ওকখ্রবনি— পুরনারী পুম্নমক উলু ধ্বনি তৌ হায়রু, মোইবুং থোক্লেন তৎপা য়াদে হায়যুকো, চৎলো। ( বাসন্তিকা চৎখিবা ) শোইদ্রে, ধনঞ্জয় লাক্লে বভ্রুগা লোইননা। হে চান্নথোইরবা ঐগী দেবতাও! মতম অস্থুক কুইখ্রবগী তুংদা নহাক অমুক হল্লক্রবরা? খওলে, নোংদমথোম্না খাইনা পুন্সি নংহন্দুনা, তাওনা থম্মোই মপুগা উনহনবগী অওকপা খুদোং পীবিবনি। ঐগী মতম কুইনগী পূজা ওসি মহৈ য়ালহল্লে! হে ঐগী চান্নবা মুংশি থোইবও— থাপনা তোম্নবী ননাইনা খুক্লমজরি। ( অর্জুন মিওশিওহুনা খুরুম্বা— মতম অসিদা বভ্রু ফিংনা চওলকপা, চিত্রাঙ্গদাগী ভম্পাক্তা তুররে, ইরাস্নু চওলক্লে )

বভ্রু— ইমা— হুগা ইকেমা!

চিত্রা— ঐগী ওইনচাউবা শাউগনদবা ইচানি, করি তৌরে ইবুংঙো ?

বভ্রু— ইমা। চুমা হায়য়ু— ঐ অসি লান্নতুনা পোকপরা ?

চিত্রা— বভ্রু— নহাক থওদ্রিবরা, তুকচরবা য়াহৈ অতুগী অর্থ করিনো হায়বা ?

বভ্রু— থওজৈ ইমা— পুম্নমক থওজৈ। থওজৈ— অপোকপী লাইরেম্বীগুম্বী মমাদা য়াহং অসি হংবা পাপনি— মহাপাপনি। অতবু ইমা, ঐগী থম্মোইম্নুংদা চাক্লি নরক্কী মৈরীনা মরৈ তম্মা— পাপ পুন্য ধর্ম্মা— ধর্ম্ম পুম্নমক লোইনা উং ওনথরে।

চিত্রা— বভ্রু। বভ্রু। ভাওরবরা নহাক ?

বভ্রু— ইমা, ভাওরম্বনা ফরম্বনি ঐগীদি। থওদ্রে করম্বা মহাপাপ অমনা ঐগী বুদ্ধি লৌশিং মাণ্ডহনদ্রিবনো। ইমা, ইমা। ঐবু অমুক্কা য়েংঙু— য়েংবিয়ু ঐবু বুদ্ধি তারিবরা নত্রগা ভাওরবরা। ঐবু থাঙ্গৈশেংনমক মণিপুরদা ইমাগা য়া ভাংনতুনা লৈরিবরা নত্রগা প্রেত লোক অমদা প্রেত অমা ওইতুনা য়া ভাংলিবরা, প্রেত য়াথলদা নৈনরিবরা ?

চিত্রা— করিগী অতুক য়াম্না নহাক্না লাংতক্লরিবনো ? কনানা নঙোন্দা করি হায়রক্লবগে হায়য়ু।

বভ্রু— ইমা, থওনা তানা— ইকাইবা নংবা পাণ্ডবকী লানশংদা করিগী চংহল্লিবনো ঐহাকপু ? নচা ওইরগবু অম্তুক মুংশিবিদ্রিবসি করিগীনো ?

চিত্রা— পাণ্ডবকী লানশংদা— অর্জ্জুনগী মমাঙদা—কনানো নাপল চাউবদো— নহাকপু ইকাইহন্নবা থৌরাংলিবা মশানা য়ানা মৃতুবু কৌরিবা ?

ইরা— অর্জ্জুন মশামক্না ইকাইবা পীরক্লে। করি হায়না ইকাইব পীরক্লিবনো হায়বদো, ইমাগী মাঙদা হায়দোকপা ওন্নরোই ইমা !

চিত্রা— অচুম্বরা, অচুম্বরা অর্জ্জুন মশামক্না ইকাইবা পীরক্কবরা ?

বজ্র— ঐতবু ইকাইবা পীরক্কবদি করিমতম্সু লাংতক্করম্লোইদবনি ঐহাক; অদুতা নত্রেনে, ইমা। নহাকপুস্মু তমথিনা চৈরক্কবনিনে— তমথিনা।

চিত্রা— অপঙবা— মহাক্কী মফমদদি অচোপ অরেম করি অমতা লৈত্রবনিনে ঐগীদি। মহাক্না লেম্নগা ঐগীদি লেমজ-বনি, মহাক্না চোপ্নগা ঐগী চোপ্পা ওইরিবনি। মহাক্না ঐবু থীনা হায়রগা মতোমতবু চৈজবনি। করি হায়রবগে অর্জ্জুন্না ?

বজ্র— নয়াথংনা শগোল পুতুনা চংলুরে পাণ্ডবকী লানশংদা, সাত্যকিনা পুশিনবিরে লানশং মমুং তম্না অর্জ্জুনগী মনাক্তা, মখোঙ শোক্না থুক্নমজে, থুং লোম্না হায়জরে খঙজক্কদ্রহনা শগোল ফাজক্কবনি, অদুদগী ঐনা পোকপগী মরম হায়জক্কই। অপোকপা হায়না মখোঙ পায়জবা মক্তদা খোঙপাক্না ঐঙোন্দা কাওরকই।

চিত্রা— করি হায়রব', অর্জুন্না খোঙপাক্লা কাউরক্লবা।

বভ্রু— ইমা, হন্না হন্না মখোঙনা কাওথি, শাউনিংবনা হকচাং পুম্বা নিকথরে, অতুবু ঐগী মিং অসিদা খঙহৌদনা উরক্লে মতম কুইনা মকশিন্দুনা লৈরক্লব মায়থোং অদো— মিং-কুপ অতুমক্তদা অশাওবা পুম্নমক ঈশিং ওনথরে। করি লৈত্রবা খোঙপাক্লা কাওরকপদো করি অমতা থল্লু-খিদে, অতুবু ইমা! লিনগী হুগা মান্নবা তমখিরবা খোম্থাংদা ঐবু মপা খঙদবা হায়খি, নহাকপুস্তু ওক্তবী হায়খি।

চিত্রা— ভগবান, ভগবান! হৌজিকস্তু ননাইগী পরিক্ষা লোইত্রি-বরা, প্রভু! হৌজিক অমুক করি য়েংখিগেগে— নুপীগী থম্মোইনা কয়া থাঙবা ঙম্বা হৌনবগেনে ইবুংঙো!

বভ্রু— কপকস্তু, ইমা, নুংশিজরবী। নহাক্লা ইকাইবদো, থম্মোই-সিদা তানা খিনবগুম পাল্লে, মসিগী লমন শোঙ্গদনা খুম-খিগদবনি, ইমা।

চিত্রা— কনাদনো নহাক্লা লমন খুমগদৌরিবা? মহাক্তি নহাকী নপানিনে ইবুংঙো— মহাক্লা মান্নবা দেবতা অমা জগৎ অসিদা ইমা ইচাগী লৈজত্রবনি বভ্রু।

ইরা— দেবতা, দেবতা, দেবতা অতুননি ইমা নহকপু ওক্তবী হায়-রকপা, মহাক অদো দেবতা নত্রগা ভগবানস্তু ওইজসস্তু মহাক অতুবু ঐখোইনা কৈদৌঙৈদা ঙাকপিবা ঙম্নরোই।

চিত্রা— মচিন্দা হায়জবা অতুনা ঐখোইগী করি অমাঙ অতোং লৈবগে, ইরা ? অর্জ্জুন্না ঐবু ওক্কবী হায়রে, মতুনা ঐগী করিদা মাঙবগে ? সতীরা নত্রগা অসতীরা ঐ অসে, হায়বতুদি অন্তর্যামী ভগবান্না খঙলি। পৃথিবী অসি চয়তুনা— মপাঙ্গলগী য়াংলবা আসন্দা ফয়বতুদা অর্জ্জুন অতুনা মমাংঙৈগী য়ারম পূন্নমক কাউখরে। মহাক্কী নাপল অমদি চাওখোকপা ইকাই খুম্নবা পূন্নমক অতুগা লোইননা ময়ুমদা চাওখোক্কুনা অক্তুম লৈজসনু মহাক, ইমা ইচাসু শাস্তুগী ইংলবা মরূম থুপ্তুনা, পিক্লবা সংসার অসিগী ময়াইদা, হান্না ইমা ইচাতা পাঞ্জরম্বা অতুগুম্না, য়েংথি মুঙাইনদবা লৈতনা, কনাগীসু আশা লৈতনা অস্নমক পাঙ্গনি। ফনা মহাক্না লান্নতুনসু মহাক্কি নহাক্কী নপানি— মিৎনা উবা দেবতানি, পার্থদো।

ইরা— কনাবুনো ইমানা হন্না হন্না দেবতা হায়রিবদো ? দেবতা য়েংঙুনি হায়তুনা পাণ্ডবকী লানশংদা চৎলুবনি অতুগদি লাইগী মহুত্তা হিংচাবা অমা উরক্লে।

বক্রু— তাখো ইমা, হয়েং অযুক্তি হিংচাবা হাৎপগী যজ্ঞ হোৌগনি। অর্জ্জুন্না অহানবা ওইগদবনি যজ্ঞ অতুগী আহুতি।

চিত্রা— নোংমতা শাউজদবা ইংজখ্রবনি ইচাদি। ইমাগী বক্রু, হিংসানা করম্না মতমদা মপুং ফানা লমন শিংবা ঙম-খ্রবগে ? হন্দক্কী থোৌদোক অসে কনাগুম্বা দেবতা অমগী অভিশাপনা ওইবা তাই। নত্রবদি করিগী বুদ্ধি লৌশিং

পুন্নমক অর্জুন্না মাডগদগে ? তাথো ইবুংডো, ইমানা হায়বা ইন্নু, অরেম্বদা লান তৌগন্নু, করি অমতা মহৈ কংলোই।

ইরা— অরেম্বা লান ! করি রানো ইমা ? মণিপুরদা লাক্লগা ইমাদা ওক্কবী হায়ত্থনা চৈরগা অপাঙবা অমিনা সাঙ্ঘি কংদনা হনখিবা। মসিবু ওইবা য়াবা থৌদোক্লা ? মরোল অহম্মক্লা থীনা হায়নখিবা, মীপুম খুদিংমক্লা মণিপুর লৈবাক্তা অকনবা পোক্তে হায়খিবা— অসিবু দি লায়বু লায়রি, মণিপুর নুপীগী সতীত্ব পন্দুনা নাপল চাউরবা হুই অসিনা করেম্নখিবা।

বভ্রু— ইমা, ইমাগী পাওতাক খঙনবা পাঙ্গল মচাগী লৈজন্ত্রে —হয়েং অয়ুক অর্জুনগা লান শোইদ্রবনি।

চিত্রা— তাথো বভ্রুবাহন— নহাক লানফমদা চৎপা য়ারোই, ঐগী য়াখং ডাক্তবা য়াদে। ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদি ঐগী ইচা লৈত্রবনি খঙবু— অসুক কুইবসি অমুবা লিন অমা অমৃত্ত পিথক্কুনা ঐনা য়োক্লম্লবা।

বভ্রু— ইমা— ইমা পন্দুনা রাশকখ্রবনি— রাশক কায়বা ওই-থোক্কবনি। হয়েং অয়ুক ঐরা অর্জ্জুনলা অনিগী মরক্তগী অমদি শোইদনা মালেম অসিদগী বিদায় লৌখ্রগদবনি। নচা নত্রগা নপুরোইবা অনি অসিদগী নহাক্লা কর্নানা লুই ? ঐনা লুরে ঐগী মঙ্গলগীদমক নোক্লা আশীর্ব্বাদ তৌবিহ্নুনা লামফমদা থাবিয়ু, উৎকুম্বা অর্জ্জুন্না করি তৌজ-গনি— মতোমতা যমগী থোঙ তান্না চেঞ্জখিগনি। অত্থগা

নপুরোইবগীদমক্তা আশীর্ব্বাদ অদো ইমানা লিকপির বস্নু— হয়েং অয়ুক নচা শিবগী কুম্মৈগীদমক্তা ইমাবু বার্ত্তন কচ্চরবনি।

(বভ্রু থুরুম্লগা থুনা থোকখিবা)

চিত্রা— বভ্রু, বভ্রু!

(লাইট)

## মরিশুবা মতাং।

### অনিশুবা উৎপা।

(শ্রীকৃষ্ণ চিত্ররথ চঙলকই)

শ্রীকৃষ্ণ—মমাঙডৈদগী হোনা ঐদি নিংথিনা থঙলবনি পার্থসে ওম্মোক্লা মপূকচেল পিকখ্রবনি— মহাক্কী থম্মোই ওম্মোক্লা থোইখ্র-বনি। অতুনা বভ্রুবাহনবু থাম্বনি শংগোল পুতুনা চৎথিম্নু হায়তুনা শংগোল পীগে হায়রবস্নু— নথোইনা পীনিংলগা— লানমী অচুম্বা অমবু হেক থিনহল্লগা লোইরে অহুদি নত্তদনা—

চিত্ররথ—হে ব্রাহ্মন— হান্না ঐহাক্না থঙজরুদ্রে, অহল ওইরবা কাঙ অসিদা ওম্মোক্লা শাথীনা লাম্নুরে।

শ্রীকৃষ্ণ—পাণ্ডবকী মমুংগী রীতি নীতি পুম্নমক নহাক্না তাদহুনা তৌবনিনে— করি লৈত্রবা লৈবাক মচে অহুগীদমক্তা

মচীন মনাও, লাইগুরু মবুধো মপা শরুবা অচু ফাওবা ইকাউবু কাউথরে, শাগে নাতৈ কয়া কয়া কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা হাংখ্রবনি। অৱাবনি জগৎ— অকিবগী মশক্তি রাজসিংহাসন— উৎকুম্বা নিংথৌ খুবমগী মিহৌবা নহাক্না অসুক কনখ্রবা! ঐগী মীগী নাইথিদ্রে অমত ওইখ্রে— তোকপো— থাঙ্গৈশেংনমক অর্জুনা ঐগী ইমা চিত্রাঙ্গদাবু ওক্তবী হায়রুনা চৈখ্রবা?

চিত্ররথ—তাচুম্বমক্তি, ধনঞ্জয়না চৈরক্লবনি ব্রাহ্মন।

শ্রীকৃষ্ণ—করিগী নশামক চক্তে পাণ্ডবকী লানশংদা? ননাকোং-মক্না মীচৈ অচু তারবদি, মতিকচাবা দণ্ড পীরগা মীরেম অচুবু, নোক্ল নোক্লদুনা হল্লকলম্মোইদরদো?

চিত্ররথ—অরেম্বদা ইকাইবা পীরগন্ন ব্রাহ্মন— মীগী লানশংদা চৎলগা ইতোম্মতনা করি ওম্বা হৌনবগে?

শ্রীকৃষ্ণ—মীগী লানশং! মতুনা করি তৌরবগে? নহাক্না ঐগী ইচামুপীবু ওক্তবী হায়না চৈরবদা নহাক্কী শঙ্গাইনি হায়দুনা ইথরাই মুংশিবদগী নহাকপু দণ্ড পীরমদনা নোক্তুনা ঐনা হনথিবা! থওলে, থওলে চিত্রাঙ্গদাসে নহাক্কী নচামুপীমক্তি নত্তে— চুম্মী নয়াম্বনা পোকপনি— মরম অচুনা নহাক্কী থম্মোইদা করি অমতা শোক্লমদবা য়াই, চুম্মী।

চিত্ররথ—হে ব্রাহ্মন, ঐনা চিত্রাঙ্গদাবু কয়া মুংশিজবগে হায়বচু নহাক্না খওদহুনা ৱাহৈ অচু হায়রিবনি। ইচা মুপী

মুপা অমতা ঐগী পোকচদে — থম্মোইগী মুংশিজবা পূম্নমক মহাক্কী মশাদা হৈজিন্দুনা থমজরবী ইচানুপীনি। মহাক্কী-দমক্তা লৈপাক অসিগী লুম্নবা পোংলুম অসি ইকোক থোংনা পুরিবনি— খুড়ো ব্রাহ্মন, ইচানুপীবু ইকাইবা পীরকপা নিপাদো হয়েং অমুক্কী লানকমদা শোয়দনা দগু ফংলগদবনি।

শ্রীকৃষ্ণ—নহাক্কী মতীকমক চাবা য়াডাংনি, গন্ধর্ব্ব মবুংডো! হয়েং অমুক শুকশোয় শোয়দনা অর্জ্জুনবু হাত্তবা য়াদে। অতুবু নহাক্তি হন্নুবনি অর্জ্জুনগা পাবা য়ারোই, মণিপুরদা বভ্রুবাহন নত্তনা অর্জ্জুনগী লানবা লৈতে। অতুদা বভ্রু-বাহনবু অর্জ্জুনগা লান পাও হায়বা য়াগত্রা?

চিত্ররথ—নোংশা মচানি খুড়ো ব্রাহ্মন। মমা পন্দুনা য়াশকথরে— শোয়দনা অর্জ্জুনবু হয়েং হাংলগনি।

শ্রীকৃষ্ণ—চিত্রাঙ্গদাসি মুপীনি—মহৌশানা মপুকচেল থোংপীনি, মপুরোইবগা মচাগবু লান তৌদনবা থৌরাংতুনা লানগী য়াথং পীরদবা য়াই। চিত্রাঙ্গদা অসিগা বভ্রুবাহনগা হয়েং অমুক ফাওবা উনদনবা, বভ্রুবাহনগা নহাক্তা লৈমিন্নগদবনি।

চিত্ররথ—মহু চুম্মী।

শ্রীকৃষ্ণ—আঃ অতুগা য়া অমগা ভাথো— অর্জ্জুনবু ঐনা মুন্না খডই। খুদোং থীগদবা লৈরবদি ইকাইবা খডবা জাং নত্তে, লৌনম ভোতুনা কোম্মুং চডলকপা য়াই। ভসি অহিংদি

নহাক চেকশিন্না থোডজাও অসিদা লৈগদবনি। চিত্রাঙ্গ দাগা বভ্রুবাহনগবু করিমত্তা উনহনবা য়াদে তমথিরবা অর্জ্জুন অত্থগা। আদা চিত্রাঙ্গদাসি সাক্লে— ঐ চৎলগে।

( শ্রীকৃষ্ণ চৎখিবা, অমরোমদগী চিত্রাঙ্গদা চডলকপা )

চিত্রা — খুড়াইবুঙো, পাণ্ডবকা লান থেংনগনি হায়বসিবু পাম্বী-রবরা ? মণিপুরবু পাণ্ডবকা য়েক্লরবা— মসিবু য়ারবরা ?

চিত্ররথ—করিগীনো ইমা, করিগী ওইরোইদোরিবনো ?

চিত্রা— গন্ধর্ব্ব পূম্নমক্কী মবুঙো জ্ঞান লৈরবনি নহাক্তি, অহলস্থ ওইরবা খুড়ানা অমুক্তা তাকপিয়্ মসিবু য়াগদরা ?

চিত্ররথ—করিগী য়ারোই চিত্রাঙ্গদা।

চিত্রা— বভ্রুনা হায়ত্থনা লোম্বনা তারে, অত্তবু মপামচা খুৎশাই পায়ত্থনা লান থেংনবা ! কয়া মাবু খঙহনগে হোৎনরে, অপডবা অত্থনা খঙবা কৌবা লৈখিদ্রে। অমুক্তা থেম্বিয়ু।

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা, লান অসি তোকপা য়াদ্রবনি হৌজিক্তি। গন্ধর্ব্বগী মতম কুইনা লুকথরকত্রবা কোকথক্তা, নাপল চাউরবা ফাল্গুনীনা মখোঙনা কাওরক্লে। মত্থগী মতীক চানা লমন খুমখিগদবনি।

চিত্রা— খুড়াইবুঙো— ধনঞ্জয়না ঐবু ওক্লবী হায়রে, ঐবু ইকাইবা পীরক্লে— মত্থগীদমক লান থেংনবা ? অচোপ অরেম পূম্নমক লোইখ্রে মুমিৎ অত্থদা ধর্ম্মনা সাক্ষী ওইত্থনা ইশা অসিবু মখোঙ অত্থদা কচ্চখিবা। নহাক্তি লোইনা

খঙবিরিবনি দেব, ইপুরোইবগী মখোঙ পূজা তৌজবা নিংজবতনা ঐগী থাক্সেশেংবা লাইনিংনি, অদুবু ইপুরোইবা অদুনা ঐবু ওক্তবী হায়বীরে। হিংদুনা লৈজবনা অস্থুক খুদোং থীবা থোক্লবদি— ঐদি মসি হায়না খঙজরমদে; সতীবু ওক্তবী হায়রুবগী মরাল কয়া চাউই হায়বদুদি সতীতনা খঙগদবনি। অদুবু ধনঞ্জয়দি ঐগী মতম কুই-নগী দেবতানি। খুড়া ইবুঙো নহাক্তি ঐগী ইপামক্তগীস্থ হেন্নবনি, নচাবু অন্নাবগী মথক্তা অন্নাবা অমুক্তা পীবিরগনু।

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা লোইনা খঙই— ঐহাক লোইনা খঙই— নংনা হায়রিবা অদুতনা নুপীগী সম্মান মাঙলোইদবদি নত্তে, লৈপাক অসিগী নিপা খুদিংবুস্থ, নিপা হায়দদুনা নপুংশক হায়নরগনি।

চিত্র— ঐহাক নত্তবা মণিপুরগী কুজ তমক্তদা অর্জুনা ইকাইবা পীরবদি নত্তে। ঐনা মতাক্তা চৈরকপসি নোক্তা য়াজদুনা খাঙজরবস্থ, দেব, নহাক্তা মহাকপু ডাকপিবা য়ারোইদরা ?

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা— নহাক্কী নবুডোদো ঐস্থু করিমতা মুংশিত্রবোই থনবরা ? ঐহাক ইশাবুগীদি মহাকপু ডাকপিবা ডম্মনে, অদুবু ঐহাক লৈপাক অসিগী নিংথৌগী প্রতিনিধিনি— গন্ধর্ব্ব জাতি পূম্নমক্তা— মথোয়গী অচোপ অরেম, অক্ক ফত্ত পূম্নমক, ঐডোন্দা শিন্নদুনা নিংডাইদনা মথোইদি লৈথোকখ্রবনি, প্রজানা পামদবা হিরমদা করিগুম্বা অমত্তা

পাওখোকপা ওমদে। প্রজাগী মমানি নহাক্তি— দেবীনি নহাকসে মখোইগীদি। করিগুম্বা নহাক্কী মায়থীবা অসিবু নিংঙাইদনা লৈথোকপা উরবদি, প্রজাশিং অসিনা শাউরক্লুনা মতুগী পাউখুম তাল্লক্রবদি, হায়য়ু মখোইদা করি হায়না পাউখুম পীগনি।

চিত্রা— ঐহাক্না মখোইবু থওনবা হায়জগনি।

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা, য়াদেনে— মতু য়াদেনে।

চিত্রা— অতুদি হয়েংগী লান্দা ইপুরোইবা নম্রগা ইচা লৈতবী ওইজরে হায়বিরিবরা?

চিত্ররথ—করি হোংনফম লৈরি ইমা? পূম্নমক অসে লাইবক্তা তমখ্রবা ওাক্ল। নত্তে নত্তে চিত্রাঙ্গদা, অসুক পুক্লিং য়াগনবাদ নঙোন্দা পকচদে।

চিত্রা— য়াগনবা! ঐহাক্তি মহাকালগী শায়োন্নি থাঙ্গৈশেংবী নুপীনি, কান্নগদবা লৈরবদি— খুত্তা থাংশাং পায়তুনা তাণ্ডপকী থোঙথাংদা, শৈরোইগী জগোই শাতুনা, পৃথিবী অসিদা মীওবগী অরোইবা মীপাইবদো য়াহোহনবা ওম্মি— খুজোক থম্না মীগী ঈ থকপা ওম্মি। অতুবু মপা মচাগী লান্দি কৈদৌঙৈদা থোকহল্লোই।

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা জাতিগী মঙ্গলগীদমক্তা গন্ধর্বগী য়াম্না ইকাই খুম্নরিবসে ময়েং তাদননগীদমক, অর্জ্জুনগী অসাবা ঈ অদো ওসিদি পামলে। নুংশিবা, ময়াগী লীপুন ঐঙোন্দা

করিমতা নৈত্রে, মুংশিবগী শোম্বনা করিমতা ঙাকপিবা ঙম্মরোই। মুপী নহাক্না নিংথৌগী মথৌদা খুং থিংজিন্ন-বা লাক্নগনু।

চিত্রা— নিংথৌগী মথৌ! নিংথৌগী মথৌদি মচাবু মপাগ লান পাবা ইনশিনবা অসিরা? ফরে, অরেম্বদা খৎনজুনা কান্নদে, নোঞ্জুনা কয়া নঙোন্দা হায়জরে, মসিদহ্ময়া-বিত্রবনিনা ইশামক্না লাউথোকচগনি পাণ্ডব লানবা ওইনা কনা অমতা খুৎলাই পায়গনু হায়না। ঐগী য়াথং ইন্দবা মী অত্থ ইশামক্না হাংকদবনি, মীপুম খুদিং থঙহনগে — চিত্রাঙ্গদা অচম্বী মুপী নত্তে।

চিত্ররথ—চেশিল্লু চিত্রাঙ্গদা— থঙলবরা কনাগী মমাঙদা নোই-রোলশি লোল্লিবত্রো হায়বদো?

চিত্রা— থঙডি— নৈপাক অসি ঙাক্লিবা নহাক্লি, ঐগী খুড়ানি অদুবু নহাকসু কাউথ্রবরা ঐহাক নিংথৌগী মমানি হায়বা?

চিত্ররথ—চিত্রাঙ্গদা—

চিত্রা —দেব (শ্রীকৃষ্ণ চঙলকপা)

শ্রীকৃষ্ণ—চিত্ররথ অরেম্বা ওইরে লানগী থৌরাং, হোৎনবা পুম্বা অরেম্বা তারে। অম্লক চেকশিন্না হোৎনবা লোইনা উৎতা ঘী নৈহবা তারে।

চিত্রা— কৈদৌরবগে ব্রাহ্মন— কৈদৌরবগেনে?

শ্রীকৃষ্ণ—হৌজিক্তা পাণ্ডবকী লানশংদগী লাক্লিবনি। ভীমদা লানগী ভার পুন্নমক শিন্নরম্নগা অর্জুন, ঐথোইনা হাংচনিংবা অত্থদি হস্তিনা ভান্না চেনখরেনে।

চিত্রা— অচুম্বরা— অচুম্বরা ব্রাহ্মন।

শ্রীকৃষ্ণ—ইমা, ব্রাহ্মনদি কৈদৌডৈদা অরানবা রা ডাংদে।

চিত্রা— ভগবান! ভগবান! নহাক লৈরি নহাক লৈরি— লৈরি চুশ্মি। (চিত্রাঙ্গদা মথক্তা য়েংখৎলে, মখুৎ লোম্নহুনা খুরুম্লে অহুগা চৎখ্রে। কৃষ্ণনা ইঙ্গিত তৌহুনা হায়শিন-বনি খডহল্লি চিত্ররথদ, অনিমক থোকখ্রে। ইরাগী মখুৎ পায়হুনা বক্র চঙলকপা)

বক্র—অপঙবী— ইমাগী পদ ধূলিনা অক্ষয় কবচ ওইরিবা, মমাগী আশীর্ব্বাদনা শেগায়বা য়াত্রবা ফুরিৎকুম্না য়োমহুনা থম্নিবা মুপা অহুবু চক্রধারী নারায়নমক্তা করি তৌবা ডমগদগে! ইমাবু ইকায়বা পীরকপগী লমন খুম্ব চৎলিবনি ঐহাক অসে, মসিগীদমক্তি মরোল অহুম্মক্তা মাইকৈ অমদা লেপখিহুনস্নু অর্জ্জুনবু কনবিনিডাই লৈররোইদবনি—মহাক্কী ঈনা শোয়দনা লমন খুম্নগদবনি। (সেনাপতি চঙলকপা)

সেনা— মহারাজ! লৈপাক্কী অডম অথৌ পুম্নমক সনাচরণ খুরু-মজনিংই।

বক্র— মহিং অমুক থেঙলবদা করি থবক্কীনি হায়বগে?

সেনা— মরম পুম্নমক হায়জরে হয়েং অম্নুক খুরুম্নবা— অহুবু মথোই পুম্নমক য়াম্না চিংননা উজৈ।

বক্র— মরম খঙলবরা নহাক?

সেনা— ঐনা খঙ্গবদি পাণ্ডবকা লান পাবসি মথোই অমত্তা

পামদে। মরম অসিনা লান অসি তোকপিনবা হন্জচবা লাকপরা হায়না থমৈ।

বভ্রু— সেনাপতি, হিরম অসিদা নহাক্কী মত করি লৈ ?

সেনা— মহারাজ! ঐগী ইপা ইপুদগী হৌনা মণিপুর নিংথৌগী য়াথং ব্রাখল তৌনা ঙাক্লুনা লাকলবনি। ঐস্মু মথোয়গী মচা মশুনি, অদুগা পোকপদগী লান্মী ওইজররক্লবনি ইশাস্মু। ইশাগী অতোপ্পা মত করি অমতা লৈজদে। থাঙ্গৈশেংনা খুঙবিয়ু, নয়াথং ঙাকপদা কৈদোইঙদস্মু মায় ওগ্লরোই।

বভ্রু— চংলো, মথোই পূন্নমক অদু পুশিল্লকউ।

(সেনাপতিনা অঙম অথৌ পূন্নমক পুশিল্লক্লে।)

বভ্রুধর—করিব্রানো তারিবসে মহারাজ— অচুম্বরা পাণ্ডবক লান তৌগনি হায়রিব সবো ?

বভ্রু— অচুম্বনি :

বভ্রুধর—করি কান্নগনি থাঙ্গৈশেংনা মৃত্যুবু কৌরুতুনা। ঐথোই পূন্নমক্লা নথোঙ পায়তুনা হায়জার— অর্জ্জুনদ শগোল অসি পীথোকখিনব।

বভ্রু— শগোল অদু পুতুনা পাণ্ডবকী লানশং তান্না চংলুরবনি। মফম অদুদগী খোঙপাক্লা কাওরক্লবা হুইগুম হল্লক্লিবসিনি। মদুগী মরম খঙলবরা ?

বভ্র— খঙজদ্রি।

বভ্রু— নথোই পূন্নমক্কী নিংথৌবু পোকপী লাইরেম্বীগী শক্তম লৌরবী ঐগী ইমাবু ইকাইবা পীরক্লবনি অর্জ্জুনা!

মচীন অতুনা শুক্রবী হায়খ্রবনি ইমাবু। অসিদগী অমুক ঐহাকপু চাক্লিবগুম্না য়াদা নাপি চিক্তুনা পাণ্ডবকী লান-শংদা চংখো হায়বরা ?

সমস্তক—অকনবা পুন্নমক্না অশোনববু ইকায়বা পীবা মহৌশানি; অতুগা অশোনবন মছু মতম কুইনা খাংলক্লবনি। থন্দুনা য়েংবথে— পাণ্ডবতি অকনবনি, অতুগা শোল্লবা মণিপুরদা লৈরিব ঐখোইদি শাস্তি পাম্নিবনি।

ইরা— লৌশিং শিংলবা গন্ধর্বগী লু চংবা— কনানানো নখোইবু শোল্লে হায়রিবা— কনানা হায় মাণপুরগী প্রজাবু মপাঙ্গল লৈত্রে ? নতোমতা শোল্লে খঞ্জনুনা নতোমতবু নশানা ইকাইব পাগনু

সমস্তক—অতুবু ইম — ধনঞ্জয় অসে পৃথিবী ওম্নবা অকনবনি, লানবা লৈত্রবা লাক্লুং পায়বনি, নারায়ন মশামক্লস্নু তেংবাংলি।

ইরা— অর্জুন অসিবু মী নত্রবরা ? মহাক অমর ওইরবরা, শিহৈ-দ্রবরা ? মণিপুরদা লাক্লগা মণিপুর কুপীগী ইকাইবা পীবা ভস্বগী মথৌনা কদাইদগী ফংলুই ?

বজ্রধর—পুন্নমক খঙজে ইমা। অতুবু মরোল অহম ভস্বা অর্জুনগী বিপক্ষদা ওজো অমতা থুংলাই পায়বগী আশা লৈতে।

বভ্রু— ময়াম্না অহুক য়াম্ন কিরবদি নখোয় ময়ামগী মতেংনা ঐগী কন্নিস্নু কাম্নদ্রে; হয়েং অয়ুক ইতোম্মতা পাণ্ডবকা লান থেংনগনি। নখোয় কনা অমতন লাম্না থনগম্নু মরমদি

বভ্রুবাহনন্না লান তৌরমদাইদা পাণ্ডবশিংবা নখোইগী নতেং লৌগনি খল্লক্তে! তুকচরবা লক্ষ্মী ইপুন্না অমম্বদ নমায় অতু লোতুনা লৈরক ইমুং মন্নুংদা মতিগুং অমতংদি নংখোয়না ঐগী য়াথং ভাকপিন্নু, হয়েং ফুমিং খোরকপদগী, মণিপুরগী মুপা পুন্নমক্কী মমাংগদা মুমিৎ কৌবা লাইচুবু উহন্দনবত্তদি হোৎনবিন্নু।

সমসুক—চাকপিন্নু মহারাজ! ইকাইবা অমুক পিরগনু। চিংনবা পূম্বা নয়াথংদগী কোকথবে। ঐখোয় পুন্নমকন্নু হয়েং অয়ুক্কী পাণ্ডবকা লান থেংনগনি। থাবা হস্তিনাদগী লাকপা অর্জ্জুন অদুদা থণ্ডহনগনি মণিপুরগী মুপাশিংসে অচম্বা অমতা নত্তে।

বভ্রু—অদুদি মণিপুরগী প্রজা পুন্নমক নংখোয় নংখোয়না লৈরিবা মকম অদুদগী চেল্লকও, তিল্লরো অণাংবা ফিরালগী মখোংদা। প্রলয়গী খোল্লাউগা লোয়ননা লানগী খোঞ্জেল্লা নিলহল্লো— "জয় মণিপুরগী জয়" হায়বা খোল্লাউনা পাণ্ডবকী নাপঙ্গী দলান নিংথায়রসনু।

(বভ্রু ফিরাল পায়রে, লানগী পুংখোল্লা নিনথরে— মণিপুর পুন্নমক তিল্লরে। "জয় মণিপুরগী জয়" লাউনরে।)

(লাইট)

# মণ্ডাশুবা মতাং।

## অহানবা উৎপা।

### লানশং।

বৃষকেতু—হে সাত্যকি! খণ্ডলবরা কৃষ্ণনা লানশঙ থাদোক্তুনা চৎখিব্রসি কদাইদনো?

সাত্যকি—পিক্লবা মণিপুরনি, মসিগা লান তৌবদা করি ব্লাকম লৈবগে খন্দুনা কৃষ্ণ লেঙখিবনি। খুদোংথিগদবা লৈরবদি মহাক্না অর্জ্জুন থাদোক্তুনা চৎপা ভমগদরা?

বৃষকেতু—মণিপুরসে পিকই হায়দুনা থৌঙইদবা তৌগনু সাত্যকি।

সাত্যকি—পাণ্ডবকী লানঙম্ব তেঙ্গোল অসিনা লৈপাক খুদিং কোম্বরকপদা ক্ষেত্রিয় অকনবা কয়া মায়থীবা পীরক্লগা পিক্লবা মণিপুরদা লাক্লগা অঙাং মচা অমবু অমুক কিরু-খিগদ্রা? মসিদি কনত্নম নোক্লিংবা ব্লানি।

বৃষকেতু—বভ্রুবাহনসে অচম্বা অঙাংনি খনগনু। জনাগী মচা বীর প্রবীরবু পুম্নমক্লা অচম্বা অঙাংনি খম্নবনি। অদুবু লানগী মতমদদি ওম্নখ্রে। মুপীগী শক্তম্না মবুদ্ধি মাঙহন্দুনা কম্না ব্লানা মহাকপু হাংখিবা।

সাত্যকি—প্রবীরবো? সতী লক্ষ্মী মমাগী আশিষনা মাঙহনবা ম্লাদবা কবচগুম মহাকপু য়োমহুনা খুমখিবনা খুদোং অদুক থীখিবনি। মাগা বভ্রুবানগদি পারুবা ব্লাবা নত্তে।

বৃষকেতু—করিগী?

সাত্যকি—তাত্রি নহাক ? চিত্রাঙ্গদাসে লমচং চুমদবী অমনি ; থাঙ্গৈশেংবী সতী নত্তেনে। মহাক্না লান্নহুনা পোকপা মচানি বভ্রুবাহনসে।

বৃষকেতু—মত্থু ঐহাক থাজদে।

সাত্যকি—মাধব মশামক্না হায়রবস্থু থাজত্রবা ? কৃষ্ণনবু মীনম্বা করম্বা মতমদা হায়থ্রবগে ?

বৃষকেতু—মশাগী থবক পাঙথোক্লবগীদমক— ধর্ম্মগী মিংচৎ হেনগৎনবগীদমক, কৃষ্ণনা মীনম্বা ভাংবদি অনৌবা নত্তে।

সাত্যকি—বৃষকেতু! য়েংডো অসে লানগীদমক পাণ্ডবকী তেঙ্গোল শেন্নরে, করিগীনো হৌজিক ফাওবা ধনঞ্জয় উত্রিবরো ?

বৃষকেতু—খঙদে ; ভরাংদগী য়াম্না চিংননা উই। ঐনা তাবদি অহিং চুপ্পা লানশং মনুংদা অঙাওবগুম কোয়চৎ চত্তুনা লৈ হায়। ঐনা থনবদি— বভ্রুবানসে মচামকনি হায়না চিংনরমাল্লে অত্থুনা য়াম্না মথরাই ৱারে।

সাত্যকি—অর্জ্জুনবু কৃষ্ণনা হায়বদা চিংনরবা। মত্থুনদি লানগী ফল ফগনি থন্দ্রেবো।

বৃষকেতু—য়েংউ আদা মণিপুরগী লাম্মীশিংনা লানকমলোমদা চঙশিল্লকইসে। নহাক চংলো ভীমসেনগী নাক্তা ; ঐহাক খুড়াইবুংডোবা থিরুথিগে। ( অনি তোঙান তোঙান্না থোকথিব, ইরা, বভ্রু চঙলকপা। )

ইরা— ভরাং অহিং মন্দির মনুংদা ধ্যান তৌহুনা লৈরিভৈদা, মঙালগী, মশক ভইরবী দেবী অমা চঙলক্তুনা য়ামনা

চেকশিন্না, মন্ত্রনা শেংদোক্লবা তেন অসি পীরমই। দেবী অহুনা তাকপিরমই—"গঙ্গা মন্ত্র শোন্দুনা তেন অসি, কাপ্লবদি, মহাকাল পিনাকী ফাওবা মায়থীগনি। চেক-শিন্না পুজা তৌহুনা থম্মু, খঙজো মসি অর্জুনগী মৃত্যু-শ্বরনি"। মসি লৌবিয়ো।

বভ্রু— ভক্তিগা লোয়নননা লৌজরে।

ইরা— তাখো বভ্রু! দেবী অহুনা নঙোন্দা মসিমসু হায়য়ু হায়রম্মী—"অর্জুন অসি য়াম্না লৌনস্বা, কুটনিতি হৈবা নিপানি। মচানি হায়হুনা কয়া কপশিন্নরবা য়াই।' মতুদা নহাক্লা চেকশিনগদবদি মতু লৌনস্বনি হায়বা খক কাউগনু।

বভ্রু— ইমাগী পি-মক্লসু ঐগী য়াশক হোংহনবা ঙমখিদ্রবদা অর্জুনগী মায়ানা ঐগী য়াশক থুগাইবা মতিক নত্তে ইরা।

ইরা— ইমাগী মিংথৈ নিংশিংহুনা লান্দা চঙলো মণিপুবগী অথৌবা মণিপুরগী রাজ রাজেশ্বর! পাণ্ডবকী লাম্মী অমা ফাওবা মণিপুরদগী হনখিদনবা হোৎনগদবনি; করিগুম্বা অমত্তং হনখ্রবদি—ইমাগী মিংদা থিবসে মায়কৈ খুদিং তা-নখ্রগনি। মণিপুর মুপী পুমনমকপু জগংনা থীনা ভাংনখ্রগনি। য়েংউ আদা— ইবুথৌ হমুরবা অসিনা কয়া কম্না লান থেংনরিবনো মম্নাই কারবা শামুগুম্মা। গদা পাম্নহুনা ভীমসেন্না মায়কৈ মরিদা চৎলি—কনা অমতনা মাবু থিংবা ঙমদরে। ইসে মণি-পুরগী তেঙ্গোল অসি কায়রে। চৎলো, নহাক থীক্লগনু—ভীমবু মাইথীবা পীয়গা অর্জুনগা থেংনরু। মহাকী ঈনা

লৈমায় অসি ঙাংহন্দুনা ইমাবু ওক্তবী হায়থিবা, নহাকপু মপা থওদবা হায়না চৈথিবগী মতিকচাবা লম্মন শিংজু।
( অনিমক থোকথিবা; অর্জুন তপ্না তপ্না চঙলকপ' )

অর্জুন—লান— লান; মাইকৈ মরিমক্তা তমথিরবা লান। ভীমসেন, হংসধ্বজ, নীলধ্বজনচিংবা মথয়াই খুবাক্তা হাপ-তুনা লান শোক্লরি। অহুগ ঐনা লানথমদগী থাপনা থোক-লক্লি; মুন্না আকাশ য়েংলি। ঐ অসিবু থাঙ্গেশংবা অর্জুন অদু ওইরিবরা— মহাক্কী গাণ্ডীব খোঙ্গেলনা মরোল অহুম নিক্লবা— মমিংত তাবদা য়েক্লবগী থম্মোই নিক্লবা। মহাক্কী অবস্থা ওসিদি তসি য়েৌথ্রবা! করিগী অস্তুক শোন্থ্রি। লীক্লং কাওবা চেৎনা পায়বা ঙমক্লবা। নারায়ন! নারায়ন! মতমকুইনা পাপ চেল্লবা অর্জুনগী মবুংঙোও! করিগী ননাইবু পাঙ্গল অস্তুক লৈহনবিক্রিবনো প্রভু! (সাত্যকি চঙলকপা)

সাত্যকি--ধনঞ্জয়! ধনঞ্জয়! তেঙ্গোল পূন্নমক কায়নরে। মপু য়াওদ্রবা, কনবিনিঙাই লৈত্রবা লাম্মীশিং অসিবু ভীমনস্তু কনবিবা ঙমদ্রে।

অর্জুন—থুনা চৎলু সাত্যকি— দাদা য়াইমগী মতেং পাংলু।

সাত্যকি—ঐনা থবক অসি পাংথোকপা ঙম্লবদি লানথমদগী ননাক তায়া চেল্লকথিগদ্রা ফাল্গুনী।

অর্জুন—সাত্যকি! চোকথথিবনা পুক্লিং হকচাং অসি লেপ্পা ঙম-দরে। হয়া হয়া হোৎনরে, খুহুম চেৎনা লীক্লং পায়বা কাওবা ঙমদরে।

সাত্যকি—ঙবাংদগী নহাক্কী চোকথবসি উরবনি, মতুগী মরমস্থু থডলে। জগৎকী মবুংগো শ্রীকৃষ্ণগী দেববাক্যবু থাজক্ত-দবনা থোকপনি। হস্তিনা কোম্নুংদদি নিংথৌরেন যুধিষ্ঠিরনা য়াম্না লাংত্তক্তনা নহাকপু ঙাইহুনা লৈরি। শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না আপ তৌজরব অশ্বমেধ মহাযজ্ঞ লোইরগ পাণ্ডবকী মিংশংকী উরোং অহু জগৎকী মমাঙদা মতম কুইনা লংনা খিল্লমনিংবনি; অদুগা নহাক্ত, শ্রীকৃষ্ণগী চাঞ্জরবা ভক্ত অমদি মরূপ ওইরগা লান তোক্কুনা নিঙায়দনা লৈথোকলি।

অর্জ্জুন—হে সাত্যকি অবেম্বদা ঐবু ইনশিল্লগম্থু। অর্জ্জুন শিখ্রে থন্দেক্রে। অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল অদো নহাক্না ঙম্লগা মুন্দুনা পুগা, কেশবপু মহাযজ্ঞগী পূর্ণহুতি পিহল্লো।

সাত্যকি—অর্জ্জুন! অর্জ্জুন! য়েংলোসে পাণ্ডবকী তেঙ্গোল শাথীনা কায়নরে, নহাক্কী নশা চোকথবনা ঙসি পাণ্ডবকী শাথীনা মায়থীবা থোকহল্লগবা? বভ্রুবাহনগী লান্দা কনামত্তা মায়পাকপা লৈনদ্রে; য়েংঙু তেম্তনা আকাশ পুষ্পা হাডথিদ্রে।

অর্জ্জুন—অঙকপানি অঙাং অসিগী মথৌনা! পরশুরামনা ক্ষেত্রিয় হাংপা লাকপ গুম্না অচৌবা তেঙ্গোলসে নৈথাইরে। যুবনাশ্ব, অনুশাল্ব, নীলধ্বজ, হংসধ্বজ শাধ্বনচিংবা লোয়না মায়থিহুনা চেম্নরে। নাপল চউরবা ক্ষেত্রিয়শিংগী মমু য়ৈথেক্লিবা অঙাং নহাকপু কনানে— কনানে? (অর্জ্জুন য়াম্না হরাওনা খুবাক খুরি)

সাত্যকি—অসিগুম্বা লান অমুক্তা উখিদ্রি।

অর্জ্জুন—সাত্যকি! সাত্যকি! করম্বা অঙাংবা অসিগুম্বা লান তৌখিবা উখ্রবরা নহাক?

সাত্যকি—নোংমতং উখি, অভিমন্যুগা সপ্তরথিগা শোক্লবা লান্দা নোংশা মচানা লমহুই ময়ামগা নোক্না লানথেংনবগুম, মুমিৎঅহুদা অমা অমুক্কং উখি।

অর্জ্জুন—সাত্যকি! ঐগী অভিমন্যুগা বভ্রুবাহনগাসে কনানা কল্লি অহুগা কনানা হৈবা হেল্লি খঙলবরা?

সাত্যকি—অভিমন্যুস্থ অভিমন্যুনি, বভ্রুবাহনসু বভ্রুবাহননি। অহুবু ঙসিগী লাল্লোং অসি য়েংলবদি বভ্রুবাহন্না ফনা হেনগনি খল্লি।

অর্জ্জুন—বভ্রুবাহন! বভ্রুবাহন! (অর্জ্জুন মুংঙাইবন জগোই শারে; মতম অসিদা কৃষ্ণ চঙলকপা।) খঙলে জনার্দ্দন নহাক্কী মায়া ঙাক্লি; নহাক্কী নথো পাঙথোক্লবগীদমক, মপা মচা লান থোকহনগদৌরিবা। মচাগী মথুত্ত মপা শিরগা নগুণ হেনগৎকদবা লৈরদি ঐঙোন্দা করিগী হায়দে? থবাক্কী ঈ পীহুনা ইশানা নগুণ হেনগৎহল্লমগদবনি।

শ্রীকৃষ্ণ—সাত্যকি! থুনা দাদ য়াইমগী নাক্তা চৎলু ঐস্থ লাক্লগে। (সাত্যকি চৎখিবা) অর্জ্জুন নহাক্কী লমচৎ অসি করিনো?

অর্জ্জুন—ঐগী লমচৎনা কৈদৌরবগে— মরূপ।

শ্রীকৃষ্ণ—"ঐগী লমচৎনা কৈদৌরে !" নহাক সেনাপতি নত্রা ? শগোল অসি কনানা তাক্কদবনো ? নহাক্না শগোল তাকপা লাক্লবদি করিগী লান তোক্কুনা থপ্প চেন্দুনা লৈরি ?

অর্জ্জুন—ঐহাক কাউদ্রি নারায়ন, নহাক্না হায়খি-কুরুক্ষেত্র লানগম্বা পাণ্ডবকী বিপক্ষদা, নিংথৌ অমত্তনা মকোক হাইগৎলোই; শগোল তাকপা ওইনত ঐহাক লৈরগা লোইরে, মমিংতনি, খুৎলায় পায়বগী কান্নবা লৈরোই, মতুগী ঐদি লাক-পতনি লানগীদমক্তি নত্তে। অতুবু মমাংদৈদা হায়খিবদো য়াম্না লাল্লে নত্রা ? পৃথিবী অসি অকনবা লৈতবা হায়বদি লাল্লে, থবক্তা খুৎ থারগা অমুকস্তু উথিনি। থাঙ্গশেংবা ক্ষেত্রিদি, নাপলনা হাইগৎলবা কোক্প, পাণ্ডব কিতুনা কৈদৌউদস্তু নোল্লোদ্, কৃষ্ণ।

শ্রীকৃষ্ণ—নাপল চাউজসন্তু, করি তোগনি, চৎলো মাবু থাহল্লু বুদ্ধি লৌশিংদা, কন হৈবদা, পৃথিবীদা পাণ্ডবকী মপা লৈতে।

অর্জ্জুন—লান-লান ! হে কেশব ! ক্ষেত্রি লাক্ষা লাক্ষাগী ঈ হক্লবস্তু, হৌজিক ফাওবা নহাক্না ঈ খৌরাংবা কোকত্রি-বরা ? লৈ-শুনা লৈতেংলবী, অশংবা ফিজোল হোংলবী, ঈংলবী পৃথিবী অসিদা— হৌজিকস্তু লংজ উমাইবীশিংনা ঈ খৌরাংবনা ল্লারে ল্লাকংলরিবরা নডোন্দা ? সৃষ্টি অসিদা লান কয়া হৌইন্দুনা, নারায়ন, নহাক্না অমুক অকিবগী মিপাইবদো য়াকাইহন্নবা লাক্লরি।

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জুন, লাম্না থক লোগম্নু। ঐগী ইচ্ছান ঈ তাহনবা তারবদি মতু থক অরেম্বা ওইরোই। অতুবু কনাগুম্বা অমনা লাম্লরবদি মতুগী শাস্তি পিদবদি হৌনদেদনা।

অর্জ্জুন—লাম্লবা! কনাগুম্বা অমগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল অমনা মরাংবক্তা নাপল্গা লোয়ননা বিজয় পত্র থত্তুনা, ঐথোইগী লৈপাক্তা লাক্লবদি, তাকপিয়ু নারায়ন — ঐথোইনা থাঙ্গ-শেংবা ক্ষত্রি মচা ত্তইববদি করি তৌফম থোকই। হৌন-দ্রবরা— যজ্ঞগী শগোল ফাতুনা থত্লগ য়েক্লববু লানগীদমক কৌরোইদরা? করিগী থুমদ্রে মাধব? করি বভ্রুবাহন্না লাল্লি? হস্তিনাগী সিংহাসন মথোঙদা মথুং লোম্লতুনা লৈরদে অসির? ঐগী শাগেগী সম্মান মাঙহননিংদতুনা অতোপ্পা অমবু লানগীদমক শাংদুরবদা অতোপ্পা অতুনা ঐথোইগা লান পাররগা মথোয়না করম্না লাম্লগদৌরিবনো?

শ্রীকৃষ্ণ—যজ্ঞ অসিগী মরম অমদি সাম্রাজ অসি শেমগৎপনি, মতুনা করি কাম্লবা, মতুদি নোংমা থঙহনগনি। অরায়বা থবক্কীদমক, ঐহাক থল্লুবা তাল্ল। মসিমদি থঙউ, যজ্ঞ অসিগী কাম্লবা য়াম্না লৈ।

অর্জ্জুন—কাম্লবা লৈরবদি যজ্ঞ অসি লোইনবা হোৎনবিরো। অতুগা যতুপতি ঐবুদি ঙাকপিরে, হন্দক্কী লান অসিদা ঐ থুংলাই পায়জররোই।

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জুন! ক্ষেত্রিগী মায়রোং ওইরবা নংনা ক্ষেত্রিধর্ম্ম ঙাকনিংদ্রবা?

অর্জ্জুন—ক্ষেত্রিধর্ম্ম— ক্ষেত্রিধর্ম্ম ! কৃষ্ণ, ক্ষেত্রিয় অসিবু মী নত্রে হায়রিবরা ? মনুষ্যত্ব হায়বহু থোডপাক্পা কাওথায়রো অসিরা।

শ্রীকৃষ্ণ—মরূপ ! ওসিদি নহাক্কী কোক অহু য়াম্না শারমাল্লে। য়াম্না নহাক চোইরোল লোল্লে।

অর্জ্জুন—হৌজিক্তা নিডশিডলক্লে নারায়ন, সংসপ্তককা লোয়ননা কুরুক্ষেত্রদা লান শোক্লবিডেদা, নোংড্রানবদগী নুমিংতাবা কাওবা মথোয়বু হাংনুরগা, লাইবক্কী হুমাংতা তৈথোক্কনা নুংশামপী অমুক্তা হোল্লিডেদা নুমিং তাখিবনা হাল্লে, নোংচুপকী আকাশকী লমদোন্দা অডাংবা চৈংদোস্তা মউরি। থড়হৌদনা থম্মোইসি য়াংথিবম্মী, লানশং তাম্না দোলাই কন্না থৌরক্লে, ঐনা থনথি দোলাই অহু চত্রবোই। সন্ধ্যা য়াচংবগা লোয়নন অমম্বন মালেমসি কুপশিনথরে, অথাপ্প-দগী উরক্লে, মীরাউথোল লৈত্রবা লানশংদো—মমায়দি অমম্বনা কুপশিল্লি প্রেত পুরীগুম্না। মওল মওল থল্লক্লে। মক্ষম থংদবা মীকপ থোঙ্গেল অমনা নুংশীংকা তিম্নখিত্তুনা লানশংগী মাইকৈ মরিদা চেম্বরকপ-গুম নিংথি। থুনা য়াংনা লানশং মনুংদা চঙলক্কুনা কোয়েং য়েংলে, মীপুম থুদিংমক উরে পিনা থম্মোই চোৎনরে, লৈমায়দা ওন্দুনা সুভদ্রা কপলমলে, ফিংনা হংনুরে, "অভিমন্যু কদায়দা লৈ, ঐগী অভিমন্যু কদায়দা লৈ।" য়াহং অহু তাবদা অন্না

থোক্লেলনা সুভদ্রানা খুমথি "ইবুংঙো লৈত্রে, মহাক্কি ঐথোইগী নত্রে" হায়না।

শ্রীকৃষ্ণ—হে অর্জ্জুন, অসুক কুইবসি ঐগা নংগা মরূপ ওইরুরে অরেম্বদা। হৌজিক ফাওবা নহাকপু থঙ্জিবরা সংসার অসি মায়াগী লমগংনি। জ্ঞান তারবশিংগী মফমদদি পোকপা শিবা অমত্তনি।

অর্জ্জুন—নারায়ন, করিগুম্বদা ঐগী উত্তরাগী মমায় তাদু য়েংঙুবা য়াওরবরা? অপঙবী মুপীমচা অদুনা করি লংজবা লৈরদুনা ঙসি মানা মপুরোইবা কায়নবগী মৈনা চাক্লি-বানো? মহাক্কী মকশিল্লবা লৈতেং য়াঙত্রবা, নৌরবা মাইথোং অদো হেক উরুবগা, থম্মোই অসে রাম্মেগুম চাকশিল্লকই, মী-ত হাত্তুনা লাক্লবা মহাপাপীনি ঐহাক, ঐগী পাপতনা ইমোগী দশাসি থোকখ্রবনি।

শ্রীকৃষ্ণ—অর্জ্জু! অর্জ্জুন! বভ্রুবাহন্না মকুবা খুংলাই অমা কাপলে, বৃষকেতুনা ঙাকপা ঙমদ্রে।

অর্জ্জুন—(ফিংনা) বৃষকেতু! বৃষকেতু।

শ্রীকৃষ্ণ—করি য়েংলি লাইবক থীরবা বৃষকেতুদি শিরে।

অর্জ্জুন—অঃ বৃষকেতু! ইচানি হায়দুনা নহাক অমত্তং লৈজরম্বসু ঙসি ঐনা মাঙহল্লরবা। পাণ্ডব পুম্নমক্কী পিণ্ড পীবিনবা অমত্তং লৈজরম্বা, মদুসু মিংচৎ পাম্বা অর্জ্জুন্না মাঙ-হল্লরে—নারায়ন। ভাকপিয়ু মহাকপু হন্দোকলম্নগা করম্না হস্তিনাদা হনগনি।

শ্রীকৃষ্ণ—অচুম্বনি ; মীনা বৃষকেতুবু নহাকমক লৈরিবৈদা হাৎখরে তাবদা, নহাক্কসু মাবু কন্নবা করিমতা হোনখিদে খুঙন-খিবদা, মী পূম্নমক্কা অঙাং ওইরিবৈদগী কর্ণগা য়েংখিনৈ খুঙবনিনা, হায়নগনি— কর্ণ হাৎলবা ফাওবদা য়েংখিনবহু কাউদক্তুনা কনা লৈজদ্রবা মুপামচা অসিবু নহাকমকনা অশিবগী খায়াত্তা ইনশিল্লি হায়না। থাঙ্গশেংবসু বৃষ-কেতুবু শিহনবদি নহাক্লনি।

অর্জুন—ঐহাকমক্কা ?

শ্রীকৃষ্ণ—অচুম্বনি, নহাকমক্কি, সব্য শাচী ! হৌজিকসু মতম লৈরি জ্ঞান তাখো মতম খরদং নহাক্কী ওম্মোইদা লৈরিবা অমম্বদো কোকহল্লু। চরাম্নবা নোংশাগুম, নোংখাংগুম থুনা য়েক্কবগী মথক্তা চোংশিল্লু, দগু পীয়ু নচা হাৎখিবগী।

অর্জুন—নিয়ত্তিন য়েকখ্রবনি, কৃষ্ণ, নহাক্কী দোষ করি লৈ। চৎলো নারায়ন, সারথিদা হায়বিথো— মসিদা দোলাই পুশিল-লক্কবা। ( কৃষ্ণ চৎখিবা ) অকনবা নোংলৈগুম্ন তমখীরবা নিয়তি নহাক্কা ঐবু নখোঙনা নেখবা ঙমগনি খল্লব্রা ? নহাক্কী অঙাংবা নমিং অহু উরগা দসখৎ ইতুনা নখোংদা ফিং-লগনি খাজব্রা ? নত্তে, নত্তে, ঐহাক কুন্তিন পোকপা, সংসারনা কিনরবা ধনঞ্জয়নি। মীনাইগী তমখীরবা ময়েক্কা ঐগী লাইবক্তা ইরক্তে, অস্তুক কুইবা মীনা লাকচদ্রি, ঙসিসু লাকচবহু য়াখিরোই।

বজ্র— ( মরুমদগী ) কদায় কুন্তিনা পোকপা ধনঞ্জয় হায়ংদো, কদাইদা লৈ ?

অর্জুন—কনানো ঐবু কৌরিবা? অভিরা! অভি, ঐগী ইচা, অভি! ওঃ লাইগী চুত, ঐগী ইপি তৈথোক্কে হায়তুনা মশক পান্দুনা অমুক লাকলবা কন্নবা লমগং অসিদা ( থোম্থাং অতু খিতুনা, অর্জ্জুন অংাওবগুম চেনশিল্লকই। মতম অসিদা বভ্রু, ইরাস্থ চডশিল্লকই। )

বভ্রু— নথোাডদা থুরুমজরি, হে অহুমগুবা পাণ্ডব!

অর্জ্জুন—করিনো··· নহাক—

বভ্রু— কিরগনু অথোবা! ওক্কবীগী মচানা শোক্কুনা নহাক্কী শেংলবা নশাদো অমুক মাংহজ্জররোই। ঐনা লাকপদি কান্নব পাউ অমা তাক্কে লাকপনি। পাণ্ডবকী তেঙ্গোলদা অকনবা অমতা লৈত্রে, মহাক্কা লান পারগা ঐগী লানগী আশাসি থুংগদবদি নহাক্কনি মরম অসিনা নহাকপু মায়-য়োক্নবা লানগীদমক্তা কৌজরিবনি।

অর্জ্জুন—মতম থরগীদমক্ত কাউথোকথো ঐগী ইরাস পূম্বদো, ঐনা থীনা চৈথিবা পূম্বতুস্থ নিঙশীংথিনু, তুক্কচরবা থোাঙ অসিনা কাওথিবদো··· পূম্নমক অতু কাউখিতুনা অমুক্তা ঐগী ইনাক অসিদা লাকখো, লাও ঐগী ইনাক্তা, নহাকপু অমুক্তা কোগ্গগেনে ইথা অসিদা।

ইরা— ক্ষেত্রিগী মথৌ নত্তে, য়েক্নবা উরগা মুংশি ঈহোবা। কাউরবন্না সতীগী মচা! ওক্কবীগী মচাবু কোল্লুরবদি নহাক্কী ধর্ম্ম মাঙথ্রগনি।

অর্জুন—কনানো নহাকপু মুপীমচা, অরেম্বদা ঐবু ইকাইবা পীরিয়ু!

ইরা— নহাক্কুম্না দেব অংশদগী পোকপা নত্তে ঐদি, ঐগী পরিচয় পীরগা খঙবিবা ওম্মোই, সভ্যতাগী মঙাল ফংত্রিবা চীংদা পোকপী মুপীমচানি। সভ্যতাগী মঙালনা য়ৈহুনা ঐগী থম্মোই মচু ওনদ্রি; ফজবা ৱাহৈনা থম্মোইগী অখোয়বা পুম্বা কুপশিনবস্থ হৈজদ্রি। মরম অসিনা য়েক্লবনা অহুম্মক য়েক্লখরে মতম কুইনা, চান্নরুরে অহুম্মক চান্নরে, হোংবা হৈজদে। মসিস্থ তোক্লসি অরেম্বা ৱানি; তাও ধনঞ্জয়! ঐগী ইপুরোইবনা মায়য়োক্লবা লান নিজরি। নহাকনা ওন্নগা মহাক্কী আশাশি থুংহনবিয়ু।

অর্জুন——পাণ্ডব শাগৈগী লক্ষ্মী, ঐগী ইমা! নহাক্কি খঙদ্রি থম্মোইগী মৈচাক অসে। পৃথিবী অসিগী লমদোন থুংনা, পাণ্ডবকী পাক্লবা সাম্রাজ অসে, হৌজিক্কি শন্দোক্লে। পাণ্ডবকী মিংচৎ তারগা জগৎ ওক্লরে। স্বর্গদগী লাইয়াম্না আশীর্ব্বাদ তৌবিরে। মী পুন্নমক্না ওাংনরে, মরোল অহুম ওন্নবা অর্জুনগা মান্ননা মুংঙাইবা জগৎ অসিদা লৈত্রে। অতুবু অন্তর্যামী ভগবান্নদি খঙই, ঐগুমনা ৱাবা কনা অমত্তা লৈতে। মুংশিবগী শক্তম ওইরিবী মুপী-মচানি নহাক্কি, নহাক্না, ইমা, থম্মোই কনবা হৌনব্রা পুন্নমকপু তুমনা চাক্লিবী নিয়তীগুমনা? ভারতকী পুমন-মক্তগী হেম্না নাপল চাওরবা কোক অমনা নখোয়দা ওসিদি নোঞ্জররে। ঙাকপিরোনে ঐবু, অমুক্তদি ঙাকপিরোনে।

**বভ্রু**— ঙস্মোই, ঙস্মোই, ঙাকপিবা হায়বদো ঐঙোন্দদি লৈত্তে। মুপীবু ইকাইবা পীবা, নাপল চাওরবা ফাল্গুনী, কাউ-খ্রবরা নহাক্না ইমাবু ওক্কবী হায়খিবদো ? শিরমদাই য়োরে হায়দুনা ঙাকপিরো হায়রিবা! ঐদি ওক্কবীগী মচানি. কৈদৌঙৈদা ঙাকপীবা ঙস্মোই। অথোবা. খুং-লায় পায়থৎলো, থীন্দুনা কান্নদে ; নহাক্না ঐগা কৈদৌ-ঙৈদা হিংমিন্নবা ওইরোই। (অথোবা ! খুংলাই পায়থৎলো; ঙসিগী লানফমদা অমদি শোয়দনা মশিরগনি)

**অর্জুন**—লান অসিগী মহৈ করি ওইরগদগে হায়বা ঐ নিংখিনা থঙই। মতুগী কিবা অমদি লাঙত্তব লৈত্রবনি। পোকঙৈদগী খোরাংলক্লবা থস্মোই অসি স্বর্গ য়োরবস্তু শাস্তি ফংগনি থাজদ্রে। থঙই, ঐনা নখোয়দা কয়া য়াম্না লানখ্রে হায়বদো। অদুবু মিকুপ অমগীদমক্তদি ঐবু ঙাকপিয়ু।

**বভ্রু**— করিগী নহাক্না ইমাবু ওক্কবী হায়, নখোঁড অতুদা মহাক্না করি লানখিদুনা ? থাঙ্গৈশেংনা ইমানা লাল্লয়বস্থ করিগী নহাকনা মাবু সাস্তি, পীখিদে ; করিগী নহাকনা হাৎ-পিখিদে ? তাস্থোকপিরবী, লাইবক থীবি ইমা, নহাক্কী নখোঙতা ধ্যান তৌজবনা সন্যাসীণীগুম লেল্লবী, মহাকপু করিগী নহাকনা ওক্কবী হায়খি ? নত্তে, নত্তে, নহাক ঐগী য়েকনবনি ; খুংলায় পায়য়ু, খুংলায় পায়য়ু।

অর্জ্জুন—মুতুনা ফরে, চৎলসি লাও, ( খুৎশু খুৎলাই লৌরতুনা ) নহাক্কা লান পাবা তারে।

বভ্রু— থাঙ্গেশেংনা য়াথং ডাকচগনি— খুরুমজরি চরন্দা। ( বভ্রু-বাহন চৎথিবা )

অর্জ্জুন—অপওবা, মপান থৌওইবিদ্রবা, ইকাই নংলবা ঐগী ইচানিনে নহাক! ইখুংমক্কা তৈবিরেম্মিংদা খীবগী মুরবা কালি নহাক্কী লংলবা নারায়বক অতুদা ; নহাক্কী নপামক্কী থবাক্কী ঈ হৈত্তুনা মতুগী প্রায়শ্চিত্ত হোরগে। ( অর্জ্জুন চৎখ্রে ; চিত্ররথ চঙলকপা। )

চিত্ররথ—কদাইদনো বভ্রুবাহন! মাইকৈ মরিমক কোয়থি থিরুরে, মহাক্কা উ-নবা ফংদ্রে। মহাকপু খুদোংথীবা থোক্লবরনে! মতু ওইরবদি করম্না কোম্লুং তান্না হনথিগনি। চিত্রাঙ্গদনা হংলগা মঙোন্দা করি খুমগনি। অন্নাবনি লৈপাক ডাকপা— কয়াদা শাথিখ্রবা নিংথৌগী মথৌ।

( বভ্রুবাহন চঙলকপা )

বভ্রু—ছিধো, মণিপুরগী মবুংডো! ঈ অসি কনাগীনো থওলবরা ?

চিত্ররথ—কনাগী ঈনো, বভ্রু ?

বভ্রু— ঐগী লু-তোং, শিংলি খুদিংদা চেল্লিবা ঈ অতুনি। মতুবু নহাক্কা থওদ্রিবা ?

চিত্ররথ—অতুদি········· অর্জ্জুন—

বভ্রু— অর্জ্জুন হাৎলে— ঐহাক্কা ময়েক অমতা চিংথদনা নয়াথং ডাকলে।

চিত্ররথ—অঙকপনি বভ্রুবাহন, অঙকপনি নহাক্কী নখৌনা। মণি-পুরগী ইকাইখুম্নবা নহাক্না মাঙহল্লে; পৃথিবীদা ধর্ম্মগী মগুণ মাঙদরে।

বভ্রু—ইধৌ, ইধৌ, অশাবা ঈনা য়া ডাংবা য়াওবরা ?

চিত্ররথ—করি য়ানো, বভ্রু ?

বভ্রু— অর্জ্জুনগী ঈ মরীক খুদিংদি মরোল থোক্লে। য়েংঙো তাও থোম্থাং য়াংনা লাওরি ঐঙোন্দা—"মুংশি খঙদবা বভ্রু, কোমথিগে লাও" হায়না।

চিত্ররথ—বভ্রু! বভ্রু!

বভ্রু— মসিদি ইপাগী ঈ নত্তে। শোঁদোক্লবা য়োংকী মহীনি, লু-তোং পূম্নমক চাকথেকখরে। খাঙবা ভমদ্রবা মৈচাক্লি, অঙকপনি। পায়য়ু, পায়য়ু, থৌরবা থাং অসি পায়য়ু, মপাগী ঈ তৈরবা খুং অনিসি অমুক্তা ককথংখো—নখোঙ পায়ত্নুনা হায়জরি, অমুক্তা ককথংপিরো।

চিত্ররথ—তুমিন লৈখো, ইবুংঙো, নহাক্না অম্নুক য়াম্না ফিংগৎলবদি নমাবু করম্না থেমজিনগনি।

বভ্রু— ইমা! ইমা! ইমাগী লাইবক্তী সিন্দুর ইখুৎমক্না মুৎথৎলে; ইপাগী ঈনা শঙঙবা খুৎ অসিগা লোয়ননা ইমাগী মাঙদা করম্না লেপ্পগনি। নত্তে, নত্তে, নত্তে, মপোক অসিমা ইমাগা উন্নররোই। (বভ্রুবাহন থোকখিবা; কৃষ্ণ চঙলকপা)

শ্রীকৃষ্ণ—চিত্ররথ, ঐবু খঙলবরা ?

চিত্ররথ—করিনো ব্রাহ্মন, নহাক্না। হৌজিক্তা নহাকপু খণ্ডজরি, হে কেশব। ( পদধুলি লৌরে )

শ্রীকৃষ্ণ—করিনো, করিনো নহাক্তি অহল্লি, ঐগী পুজা তৌফম্নি।

চিত্ররথ—হে মাধব, পণ্ডলব তোম্নবা ননাইনি ঐদি। ননাইনা লাম্নম্বা লৈরবম্ন খুয়াথাদা, করিগী শাস্তি পীবিব্রি, প্রভু ? করিগী ননাইদা অম্নুক ইকাইবসি নংহনবিরিবনো ?

শ্রীকৃষ্ণ—অথৌবগী মথৌ পাণ্ডথোকপবু করিগী ইকাইগনি, চিত্ররথ।

চিত্ররথ—করম্না কোম্নুং চংগনি ইবুংঙো, মপুরোইবা লৈত্রবী ইচাম্নুপী চিত্রাঙ্গদাবু করি হায়না থেমগনি।

শ্রীকৃষ্ণ—ফিংবিথিনু, চিত্ররথ। পাতালদা আনন্তনাগ, উলুপীগী মপাগী মনাক্তা, অমৃত কৌবা মনি অমু লৈরি। উলুপীগী মনাক্তা চত্তুনা মনি অদু লৌরুনবা মতিকচাবা মী পাতালদা থাখ্রে। মনি অদু পুরক্লগা ধনঞ্জয় শোয়দনা হিংগনি।

চিত্ররথ—ধন্যনি, ধন্যনি, হে অর্জুন (কেশব)। তাকপিয়ু প্রভু, নহাক্কী নগুণ কনানা থাগৎপা ঙমগনি, মপা মচাবু লান শোক্রহল্লি নহাকনা ?

শ্রীকৃষ্ণ—জাহ্নবীগী অভিশাপনি, অর্জুনবু মচানা হাত্তবা য়াদ্রবনি। বভ্রুবাহন নত্তনা অর্জুনগী মচা অমতা হিংদরে। শাপ অদু থুংনবগীদমক্তা ব্রাহ্মনগী ফিজেৎ লৌত্তুনা নখোয়্ন পুম্নমকপু ইনশিন্দুনা লান অসি থোকহল্লিবনি।

চিত্ররথ—হৌজিক্তা লোইনা খণ্ডজরি, নহাক্তি পণ্ডিত পাবম্নি, জগৎ পুম্বগী মবুংঙোনি। নহাক্কী ইচ্ছাতনা সৃষ্টি স্থিতি

প্রলয় থোকহল্লিবনি। অদুবু, প্রভু, ধনঞ্জয়না থুনা হিংজবদি, ঐগী ইমা চিত্রাঙ্গদাদি হিংদবা তারে।

**শ্রীকৃষ্ণ**—কিগনু, চিত্ররথ। থাঙ্গৈশেংবা ঐহাক অসে লৌনম্বদা ফাওরবা অমনি, অদুবু সতীশিংগী মফমদদি মমাংঙৈদগী হৌনা অপিকপা অডাংতা ওইজরিবনি, মহাসতী চিত্রাঙ্গদা, সতীলক্তগী অথোইবী, মহাক্কী মমক্তগী তারকপা পিবু ঐহাকনা য়েংবা ঙম্মা হৌনদেনে। চিত্রাঙ্গদা লাকলেসে, মহাকপু থেমদুনা থমখো, ঐহাক অর্জ্জুন পুদুনা লাক্লগে। (কৃষ্ণ থোকখ্রে, খুংগু খুংলাইগা লোইনরবা চিত্রাঙ্গদা চডলকই।)

**চিত্রাঙ্গদা**—লান, লান তৌখিগনি লাও, মণিপুরগী মবুংঙো। মচা মুংশিবনা ডাওরবা অর্জ্জুনবু হাৎলগ পাণ্ডব তেঙ্গোল ঙমলে থল্লিবরা? হরাওদুনা ময়াই কাজবা শায় নথোয় পুম্নমক। কাউরবরা পাণ্ডবকী মৌ, অর্জ্জুনগী ধর্ম্মপত্নি হৌজিক ফাওবা শিন্দ্রি হায়বা? তাও, গন্ধর্বগী মবুংঙো! মণিপুর মাঙহনবনা ঙসি ঐগী ব্রাশকনি; নহাকনা ঙম্নগা খিংজরো।

**চিত্ররথ**—ইমা, নহাক ভপথখো। ঐহাক নহাক্কী নখুড়ানি, অদুবু খুং লোয়দুনা নডোন্দা হায়জরিবনি।

**চিত্রাঙ্গদা**—ডাকপিবা! কাউরবরা ঐনা কয় য়ানা হায়জখিবা, মিত্তগী পি তাখিবা? কাউথ্রবরা, হায়জবা পুম্নমক নাপল

তোনা য়াখিদবা, ভম্মোই, ভম্মোই, লমন খুমনিংবনা ডাওরবী মুপাগী মফমদদি ডাকপিবা ওইখোক্কবনি।

চিত্ররথ—ইমা, নহাক থরায় য়াথিবনা জ্ঞান লৈত্রে, অমঙ ফত্তা খঙত্রে, য়ুমদা হন্নসি।

চিত্রাঙ্গদা—য়ুমদা? কদায়দনো ঐগী য়ুম? কোন্নুং মন্নুংদা? ইপুরোইবা হাংপা হিংচাবশিংনা লৈবা মফম অদুদা? ইপুরোইবা শিবগী মথোয়না কুম্ম তোরিবা মফম অদুদা ঐন চংকনি খল্লিবরা? অর্জ্জুনগী অশিবা মশানা লৈমায় থক্তা তারিব, হকচাং অদুদগী থোকখ্রব আত্মানা লেঙত্রবা হকচাং অদু য়েংদুনা মিংসিনা পিনা থল, মূনা য়েংদুনা লৈরিবা মালেম অাসদগী বিদায় লৌদুনা মতম কুইনগী-দমক খোঙশানখিবা মফম অদুনা, ঐগীদ য়ুমনি, মদুনা তাথান, ঐগী অরোইবা তাথনি। তেঙ্গুনা মণিপুর উং ওলহনগে, অদুগী মতুংদা হখুংমক্লা চিতা শেমদুনা ইপু-রোইবগী তুং ইনগনি।

চিত্ররথ—ইমা, বভ্রুবাহনবু নহাক্না অমুক্তা ডাকপিখো। মহাক্ কনা লান্দুনম্নু মতোমতনি নহাক্কী নচাদি, ইমা।

চিত্রাঙ্গদা—কনানো ঐগী ইচা? বভ্রুবাহন! নত্তে, নত্তে, মহাক্তি ঐগী ইচা নত্তে; ঐগী ইচা ওইরগবু খম্মোইদা তমথিরবা তাশোন্না থীনবা মশিললা, মপাবু হাংপা হোনবরা? নত্তে, নত্তে, ইচা লৈত্তে, ইচা পোকত্রবীনি ঐহাক— ইচা অমত্তা লৈজদে ঐগী।

চিত্ররথ—তপথখো, ইমা, বভ্রু পাতালদা চংখরি অমৃত মণি লৌনবা, মতুনা হেক শোকপগা ধনঞ্জয় হিংগনি।

চিত্র[illegible]—হৌজিকসু ঐঙোন্দা লৌনম্মী। খঙবা শারি, মিহৌবা য়াহৈনা ঐবু শুমহৎকনি। কৌজো মপা হাৎপা তোল্লবা অতুবু; মতিক লৈরবদি ঐগী মাওদা লেপ্লো হায়য়ু। তেন্না থাহুনা থুগাইরগা পিল্লবা মণিপুর অসি উফুল ওলহন্দুনা আকাশতা পাহংনখ্রগে, ওম্মগা কল্লোলাও, রাজ প্রতিনিধি। মরোল তরেৎ ফাওরক্কুনা প্রলয়গী ঈচাও হৌরসনু। অকিবা কংলবা প্রলয়গী মৈনা উৎ-ওইনা চাকথেক্লসনু পিল্লবা মণিপুর। (চিত্রাঙ্গদা তেন কাপ্লে, পৃথিবী কায়তুনা ঈশংগী অকিবা ঈপোম্না মথক্তা কারক্লে, মায়কৈ মরিদা মৈগী নোং চুরে। ঈশিং মরক্তগী শ্রীকৃষ্ণ, অর্জ্জুন, বভ্রুবাহন, হিরা থোকলক্লে।)

অর্জ্জুন—তপথখো, তপথখো, প্রিয়ে, অমুক্তা য়েংলখো। নহাক্কী পুন্যনা ঐগী থরায় অমুক হন্না ফংলে ঐহাক।

চিত্রাঙ্গদা—ইবুংঙো, ঐগী দেবতা। (চিত্রাঙ্গদানা অর্জ্জুনগী মখোওদা তুথখরে, বভ্রু, ইরাসু অর্জ্জুনবু খুরুম্মে।)

(লাইট)



লোইরবা।